মাইপাকস্নাগী

# শীঙেল রাশক কোম্বীর

( য়াইদিং কোনু )





অইবা ঃ

রাজকুমার মাইপাকপা সিংহ

অকোয়বা ঃ

কোঞ্জেংবম বীধু সিংহ

সেক্রেটরি

থোইবী থাং-তা কলচরেল এসোসিএসন,

মোইরাং

1st Edition, 1999

Price Rs 30/-

Written By :
R. K. Maipaksana Singh

Published by :
K. Bidhu Singh
Secretary
Thoibi Thang-Ta Cultural Assn. Moirang

Cover Block :-
S. Dhanabir Singh

*Printed at. :*
*UMINA PRESS, MOIRANG.*

## 'কঞ্চবা'

হয়ী উম হয়ী,
হে খোইয়ুম লাংমুম অরিবা,
লাইগী নিংথৌ খোইখোইবা ।।
চীঙথ্ নশল ওম্না;
থংজীঙ কোমোয় মিংথৈবা,
চাম্মোং নিংথৌ তরেংবা ।।
শিরৈ লোম্বনা
চীঙথ্ ঙাংবৌ খুম্না থাদা
কঞ্চরি "শীঙেম য়াশক কোবীরে" ।

— মাইপাকসনা

তোমসিজ্জ, ওঝা শত্র অগ্রসুং গুরু চাউবা অহুম্মকী ক্রুপদগী কম্মিও খণ্ডজদবা ঐমা ইথোকচবা নাইহিক অসিবু কোংমোকপিদুনা মনিপুর সহিত্যগী লৈকোনদা তিনহনবীরকপা ঐহী ইচাশকলম্বা শ্রীকোঙোংবম বিধু সিংহবু থাগৎচবগা লোয়মনা তৌবিমন খণ্ডবা উৎচরি ।

ম্যাঃকুঃ মাইপাকপা

খোইরাং লমখাই

# (১)

## 'লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী খারা পাউশানবা'

চৌক্তা ইচিক হুনবা ইন্নুংয়াইগী মতমনি। লৈচিল নোংক্ষাইলক্তা মৈরা ফিশেংনবী খোইমোম নোংথাং লৈখনা, তগুপ তরুং নাইনা ঙানফোংলি। মপুঙ ফারবা থাজ থানিলগী মঙাংনা, মালেম ফখাক্তা অঙৌবা ফিজাংনা শরা শননা কুপ্পগুম তাইবঙলেনগী ফজরবা নিংথিজবা শকম ওইরি। কোকৌ নোমজোল থকৌ, মঙাল নাইরবা থবাক্নচিকশিনা তগুপ তরুং ইরুং লংগা ঙানফোংলিবা শগুমলবা চিক্কবা ইন্নুংয়াহু তাংলৌ অসিদা মলং নুংশিত্তা খোঙনেংও ওইবা অঙাই হে ইহও নোংশাপাল মালেম লৈকোইপুঙদা লাইনিংথৌ—লাইরেম্বী অনিনা খাইথংলরে।

খম্বনিংথৌ— ইশানৌ ইমুরৈমা (ইন্নুংলৈমা) হয়াউ মথোই কা মাইথোং নোকমি তম, অপোই খুংথেক্ক মালং ইরোইনরক-পদি অঙাই মালেম তাইবঙপান স্নৌরক্কে পাইমা মিংয়োং শাংখৈনা য়েংহৌরো ইশানৌ।

ইমুরৈমা—লাইনিংথৌ মালেম তাইবঙপানবু উরুবদি ননাইগী পাইমা নুংসে ইনৌ নৌইদা ইশাবী লমদম অসিগী খিংলেনখৈনা তাংকপিয়।

খম্বানিংথৌ— ইশানৌ পাইমা চংনা তাজরো, লমলেন খৈনা তাক-পিরগে। এজহৌখৈদা পোইরৈ লমদমসি লোইবী চৌংজাউ মাপজনা মরোল নাইনা কোয়্রনা কোয়্শিনবা পাকলবা ইথম অমা ওইরম্মী চৌঙংশিদবা লাইনিংথৌ পাজনবনা মহাক্তা

মখুংশু তিংমেন মতোল অহুম ফাংবনা খিংলাইদুনা পোইরৈ থা পাংবদা ঈথৈ পিদুনা চিংথখি। কংলবা মতুংদা খোইয়ুম লাইশ্লাম পুম্নমক কৌথডুনা তাইবঙ লৈশেম নুংশেম জগোই শাম্নখি। লৈরুং লোনজা অরিবা ত উংরাইনাই পাখংবা তোনেন লিশিং (১০০০) পামবা, মোংখোং কোইবা তরুং হীরেন হোয়া শীদ য়াই নাদ য়াই পুবা য়াইবী কোমদী মবুধৌ, য়েল্লমৌ চুপলি পাইবনা লমলেনসি পুমডাল তালহনখিবদে লমদমনি। এমহৌডৈদগী পোইরৈ অসি তিলি কোংতোন অহ য়া কোলোই মিংথৈনখি। হায়া শেম্বা কোয়া লোইবা পোইরৈ মক্কম লমদমনিদো। অব্রাং পাংনা উল্লিবা শংলেন শংবান্নবা মোংমদোন খেংনা উরিবা লৈচিল নোংফাইনা লেনব্রা মরোল মাইমা শিল্লিবা লোইবী চীংজাউ অসিদা কৌক্রুরেন কৌবা লাইনা অব্রাংগী ঙমথৈ ঙংকলি। হারম খানা পাংবদা ব্রংব্রেন খানা চাউবনা লাইজ ইচাউ ইরংকতম মথা মাইগে ঙাকলিবনি। নোংচুপ হরম পাংবদা খোইয়ুম লোইয়া লাকপনা ঙাকলিবনি। অদুগা নোংপোক হারম পাংবদা উরিবা লৈচিল নোংফাই থাংলিবা লমদম অব্রাংবা শেংলাই চীংজাউ অসিদা, পামবা মউল ফিশেংনবা তাংজ লিনহা থাউওন্নবা, শেনগী কাচুপ চুপলিবা কোংরেক পায়বা কাইনা মশম ফানা পুল্লিবা চীঙঙ, শীদবা পান্নলবনা লাইনিং পরৈ চেংনা লৈবা লমদম হায়বদো অসিনিদো। পোইরৈ লৈবাক অসিদা থবাল থমচেং মরুপুম, শালাইরেম কয়াগী পুকোক লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী কয়ানা পনঙাকলিবা খোইয়ুম লাইয়ামগী য়ালরবনি।

ইমুরৈমা— মালেম তাইবংপান হায়বা অমিদি ফজরবা মিংথিজবনা মাগী শরুক ওইবমিদনা ইনিংথৌ।

অশ্বংনিংথৌ— অচুম্বনি ইশাথৌ।

ইমুরৈমা— লোইবী চীংখল মাপলবা পনকোইরপা খোঙলমজিবা পোই-
রৈ লমদম অসি অউবা তাইবঙ পানবগী পাইমগুং শুমহৎনিংঙাইমি।
অমাংবা লোইবী খোকপাঙুলদগী ইহুল কবা চেঙ্লিবা লাইজ ঈচেল
ওমপাঙ ওঙ্বকপদা খেক্তা খোইমা নাশোম তপনা পোইরৈ থারম
পাংনা চেম্বরক্লুনা ঈরোং কয়া তুংনফম ঈতিনফম ওইরিবা লাইজ
থকী শীতেল কয়ানা তাংনা ভৌর, শংনা লৈশং ওমলিবা ঈপাক
অসিদা চেক্লাচাপিংনা শঙ্কু নাইনা চক্তারিব, খুংনা শেঙ্গা
থম্বশুম নিংখিজরবা চীংতুম মচা কয়ানা হুমবক তুমবক লৈরিবা
য়েংবদা পায়মাঙুং শুমহৎনিউই ওইরিবা নিংখিজরবা ঈপাক অসিবু
করি কৌবগে লাইনিংখৌ।

খচুং নিংখৌ— নহাননোং তাইবঙ পানবা লৈশেম মুংশেমভৌদ অতিয়া
শীদবনা (তঙ্গা শীদবনা) মৈ ঈশিং, মুংশিং তরং অহুমদগী লাঈ-
জ ঈরোনন্নু দগী মালেম সম্নবগীদমক চীংলেন চীংশংগে তরং
থক্তা চীংখৎতুনা থমখিএ। চীংলেন চীংলোন অসিদি কোরৌ
মালেম অনিগী চুপলিনি। চীংশা মাপল তাইবা, ইরব তরংনি-
খোই পুনবা চীংশানিদো, লৈশেম্বা মহাক্কি ইপাও ওইয়ে, ইমাশু
ওইয়ে। চীংলেন সাম্নজিংগী মথক্তা সানাইলেন লৈমারেন অনিনা
ফম্বাল তোংতুনা, খোইয়ুম লাইয়ামশিংগী লাইনিংখৌ ওইখিএ।
মাইগৈ মরি শুংদাই নিপাল পুরিবা খোইয়ুম লাইয়ামশিংদা
মশিল শিহা পিখিবা লাইফম তিনফম লৈরিবা ঈপাকনি। মা-
লেম তাইবঙপানবগী থরাই ওইবশিংগী চরা নোংদম ওমলিবা ঈ-
পাকনি। কোরোই মাগী লোক্তাক ঈথৈ লাইরেম্বী মিংথৈনবীনি
ইশানৌ।

ইমুরৈমা— লাইনিংখৌ লোক্তাক তরং লাইজ ঈপাকী থারম পাংবদা
নোংচুপ চীংনাই তমাংতা লেক্তাক তোর্বাম কাওনা থুনদারিবা
মাঙবী কোকচল থারাহা, কঙ্গোই মঙ্গোই মাখমলোই তারেং
উমংলাই মাপল হয়া হয়ুম নৈশা পাউদম থারিবা লমদম অসিগী

ফিংবেম কদি কোলোইমবগে লাইমিংথৌ ।

খম্বৎমিংথৌ— পোইরৈ লমদম ললবুংসি, মারম খা শাংবদা মাই-
ঙৈ কুম্মা থুন্দারিবা লমদম অমিদি "চৌঙভ থংজাঙ কোইরেল
লাই, থোইমুম মানা কোথা লম, লাংউম্ন কম্মা শায়োম কম,
চৌঙভ থংজাঙ শামবুং, কেগে ( ভাংতোই ) মোইরাং লৈবাকী
শানাইরেল কম্মাগী পুকোক থক, লাইনিংথৌ লাইরেমা কম্মা-
না ভানথোইরিবা লমদমনি । চৌঙভ থংজাঙমা রায়েল মপু
উইদুনা ঈংনা চিক্কা থুন্দাবা থংজিঙ মাগী চৌংমাই হোংবা তা,
লোক্কোক খরা শাবা লৈচাউ খুঞ্জাউবা লৈবাক কেগে
( ভাংতোই ) মোইরাং হায়বদু অসিনি ।

ইমুরৈমা— পোইরৈ লমদম অসিদা মিংল্লা মীওয়োং শাংথৈরুবদি
ননাইগী পাটমা নুংদবু অপামগী রাখল খম্বা হিন্নাং থোইদা-
রকই ইনিংথৌ ।

খম্বৎনিংথৌ— উম, অপাম্বা রাখলনা মাংজোননা হিন্নাং থোইদা-
রকপদি য়াই । অদুবু নমু তাইবঙপাল হায়বা অসিদি নমু
পোংগী হিংনা থুন্দাপুঙনিদো থোইমুম লাইরমলেনগী নত্তেদো ।
মং ঐগী খমনুং মপোক অসিনা তাইবংপানবদা হিংবা য়াদা
নত্তে, নমু তাইবঙ মপোক্কা লাংওল্লবদা তাইবঙ মালং পান-
বদা হিংবা রাগনি ।

ইমুরৈমা— অরাং লাইনা পারদা ( অরাং থংবা মাইকৈ ) তারবা
লোইবী চৌংশাং নাপোমশিংনা শমু নতান তাবগুম হুইথননা
লৈরিবা, পামেল উরাংবৈ কয়ানা লম্না লম্না উরিবা, উরি
উপালনা শায়োম শানা লৈবা লম চৌংয়া তময়া অনিগী
তাইমকম লাইজ ঈপাক অসিগী ঈরেংবুও অসিদা চৌংশাশিং-
না শাংনা লৈংথনা তারিবা খমি লমদম অসিবু করি কৌ-
বগে ইমাবী ।

খম্বৎনিংথৌ— লোইবী চৌংশাং শমু নতান তাবা উরিবা লমদম

কোল্লোই মীংলেনদি তাইবঙ অসি লমথোং তাইবঙ হকচাং কাইদা কাইদোংলমবা শীদবা য়াইবীরেল থরাইন', থমন্নুং শাবা তাল। অসম শীগুমলকপদা নমু য়াঙবী পোংথাকম, থোংঙাক অসি থেল, মকু নুংঙল চীং, রাবনা কে শাউবা চীং থুম্বনা মীৎয়া ভাবা লোবলৌ চীং। লাঙ্গপাথংনা হাল্লগা লাই নুববু ভাইনা থেল, লাই নুরানা হাল্লগা লাই পাথংবু ভাইনা থেল। নুরা ফীৎল ভারাই চীং অহিং কাংবী হুম্রই লোই; নুরা থুংথিল পাশা তপতা লাই। থোংঙাক শাইবেগী চীংশানিদো ইশানৌ।

ইমুবৈমা — মীশেম তইবংগী ফজবা নিংথিবদি অংকপনিদা তাইবঙ ব থম্বদি পাইমা নুংওল্লিদা ইশাবী।

খমনু নৈথৌ— পাইমা ভিংাং থোইথেননৈদা তয়াংগী রাখল হৈদ্র, নমু পোংগী মপোক অসে হব বা মপোকনিনে, খমুনু ইশানৌ।

ইমুবৈমা— তাইবঙ পুঙদি পুঙলোন থোন রাখল লোইয়ম মথৌ পুঙ ভাংথক্রবা রাখলগী ঈচেলনা থোইয়ুম লৈমা শিদম মপুগী থৌনি। থৌগাই পুঙদা, নমু পোংগা থোইযুমগা শকউ মাইউনবা য়াজ্রব্রা ?

খমনুংঙ্গিংথৌ— ময়া লাংবা চক্কদি থোইয়ুম লাইগা নমু পোংগা চারৌ ভাইথেম লাংথাকনরম্মী। হৌজিক থোইয়ুম লাইথুপত্রে, খুভমদি লেংদনা মরৈরি। তাইবঙ চামা শোংকিন্নে। অমাং লীচা হেল্লা ল।ইমিং লাইশোন খঙনা ইরাং থৌনিজরবদি থোইয়ুম মান্না কুবী চানরীয়ে য়াইফ থোইবু পীনবী। ইচংগী লিকলা লোকপা নামিথনা লৈনা চাইনা শিল্লকলে। শঙ্কিক লানৌ ভয়, থবা নোংথাইদোরে থমনুং লাইবাক পাংলশিদো ইশানৌ।

ইমুবৈমা — ইশাবী !

—★★★—

# ( ২ )

## 'থমনুং লৈকোন'

( লৈ ইরেম্বী ইমুরৈমা পাইমা নুংগী রাথলদা ঈরোইনা তাইবঙ দা লাংওননিংবগী মতাং। )

ইমুরৈমা— করম্না মতমদা ইমুরৈমা ঐগী পাইমা নুংনা থম্বিবা লমদাং অসিমু থুংলমবা, লৈশেম নুংশেমলিবা থোইমুম নো-দমবনা নমু তাইবং ওইনা অমুক্তা ফোংদে লাংওনদে হ য়মা চহি কুমওল কয়া লাইনিং পরৈনবদা ফংদ্রে হায়, অদুবু ঐগী পায়মা পুক্নিংনদি পারি। ওহৈাক্রা পোক্নিংথেরা ত'ইবঙ চঞ্জা ওইনা, ইশাম্বী ইনিংথোদা হায়জশিরা হ'মজকমসা য়াবীরক-লবদি নৈ, কম্বিগুম্বা য়াবীরকক্রবদি ঐগী মিংজবা রাথল কাইবা নত্তনা করিগু নৈতে। ( থনবা ) হায়জুনা য়েংবা হায়জুনি। ( থমনুংনিংথৌ লেংলকপা উবদা; লাইরেমবীনা তাংজ লুকনা পুনেমলি ) ইনিংথৌ লেংশিমবীরকলে।

থমনুংনিংথৌ— ইশানৌ ওইবী নংগী মাইথোংসি য়েংবদা তসিনি ইমক মকশিন্নি, অন্নাবা নুংঙাইতবগী শকলোন্নি। থমনুং লাই-রৈবাক অসিদা কনানা লাকচা থুদুম চনবা য়াওবদে, থুপ-চমদনা য়ারা চাদোই পাউদাউ ইশ নো।

ইমুরৈমা— ( নোল্লুকনা ) ননাইগুম্বীগী পাইমা নুংদা অরা মুরো থাংজদে, করি নুংঙাইতবসু লৈজদে।

খমন্নুংনিংথৌ—মানি ইশানৌ নহাক্না হরাউ তয়াম লৈরগা ঐগী নুংঙাই-
রিবনি। ঙসি নংনা চিনবা'নথ'ংদা হরাউরবমূ নংগী মাইথোংদা
হরাউ তয়'ম্না উদে। হায়যু নপুক্কিং লোনচাবা কন্না রা লৈবগে।

ইমুরৈমা— লাইনিংথৌ নুংঙাইনা লৈজরিবী মনাইনি অহুব নিংজবা
অমতংদি।

খমন্নুংনিংথৌ কব্রি য়াবানা চিঙ্গোইবীয়ু তাশি।

ইমুরৈমা— (লাইনিংথৌদা তাংজ লুক্না প'নম্মী) খক্তা শেকপীন মাপলনা
চোমজ্জাইনরিবা, খাদ লৈতাই খমদাইনরিবা শীদবা রায়েল হংলা-
কপা খমন্নুং পুঙগী লাইনিংথৌ, খোইয়ুম থোজান্দগী মালেম পুঙদা
নমু তাইবঙ ওইনা লংবুম লাংওনজরুগে, মীরমলেন অঙাই নোংশা
প'নদা শাফোংজংগা তাইবঙলেনগী ওইরিবা থৌরম লমদাং খিবি-
রপু মীৎয়ং শানখৈজগে। অসি থৌরম শিংবাবু অমুক্তা পীন-
বীয়ুগবা লাইনিংথৌ।

খমন্নুংনিংথৌ— খমলৈ মীন্ন কোন সনা পুঙলেংয়াই খমন্নুং লাইরৈপাক
অসিবু খ'দোকপম অঙাই তাইবঙ মালেমদা লাংবুম লাংওননিংলি-
বা পায়মা নুংদা খল্লুগন্নুদা ইশানৌ। মপুগী লৈকোলদা শাংলিবা
লৈরাংনা ঙাইহ'ক পুঙ্গোই শাংলমলগা শীতেল লৈখোক কেমদুনা
মালেম থক্তা চোইজ্জাইননা কেনখিবগুম অরেম্না লৈতবা নমু তাই-
বঙ মপোকমি।

ইমুরৈমা— য়োইবু ঙংলৌ মপুরেল, মনাই ওইবীমা থৌনিজবা লমদাং
অসিবু য়্যাম্বিয়ুগবা লাইনিংথৌ।

খমন্নুংনিংথৌ— শীদ য়াই নাদ য়াই ওইরবা লাইরমলেনগী মপোক খাদোক-
লমলগা নুপীচা ওইবীগী রাখলনা খোইয়ুম লাইলৈবাকপু খোঙ্গাওনা
অসি শিংকক রাতেমবুঙদা লাংওল শাওদ তেমশিংলুগে পায়মা
নুংদবু খল্লুগন্নুদা ইশানৌ!

ইমুরৈমা— ঈরম খোংলম শংদবা লাঈজ নুংগী লেমলৈঙম, নুপীচা ওইবী
মপোক্না হমা হমা ঙাংলৌ খাদা চীঙ্গোইজরি হায়দুনা থওই

লাংথকপা, ইপুরোইবদা অরাল লওনা-থুম্নবদি তাহনবীগনু।
মালেম তাইবও পৃঙদা নমু পোংশক ওইনা শীন্দ্রবও শীতেল
লৈরাং ওইনা. লৈশাং তয়জরপা ত'ইবও'লেনগী কুম্মৈ য়ে'জবা
থোদা শোইফদবনু পীনবীমুগবা ইশ বী।

থম্ন'ংনিংথৌ— ইশানৌ নংগী অপান্বা ষাথলনা তাইবংলেন্দা খে'ং-
দানিংবা পায়মা নুংদা ৱারেপলরা !

ইমুরৈমা— ই'নিংথৌ ( তাংজা লুক্রা পুমেম্মী )

থমনুংনিংথৌ— মুজা ওইবী লাঙেল পায়মা য়াংবী; কনথি নুংঙোল
খোইজেংবা মকুই পুংঙোল লৌথেম্বা থমনুং ঐগী ইরৈপুঙ, থাম্না
পুঙগোই ওইদুনা কাউনা পৃঙথক তংগে নহাক্না থেরোল-
বোই। ইশানৌ ওইবী মহাকপু ঙাম্নবা ম্যাদ্রবদি পায়মা
নুংদা নিংলিবা নমু তাইবঙগী লাংবুম লাঙোল অদুবু ফংজরো।
হয়েংনোংদা তাইবও মালং পায়দা শনফোংলকপা মতম
অদুদদি, নশাবী ঐবু নিংশিঙোই অকাউ নাইবা মালেম
পুঙখিদো, মাংসমচংকী লাঙোল থংবা ঙম্মা নত্তে ইশানৌ।
নংনা মীরমলেন্দা লাঙোলগে শাফোংলগে হায়রবনিনা, শরী
পন্দোমলোম, ৱাশক পরৈ তেমশিংনা পললেপনয়্বা তাইদো
ইশানৌ।

ইমুরৈমা— লাইনিংথৌগী য়াথংবু মালেম লৈদা তাফদে, কোন্নৌ
থম্না কাফদে, ইনিংথৌগী য়থং কাইবদা তাৱা অনা কয়ানা
হংজ পোৎলম ওইদুনা ইকোক থঙ্গা ত'বা ওইজগে।

থমনুংনিংথৌ— মদুনপু মালোমদ্রি। থাজ পরৈ থম ৱাশক পাংপ
থোদা থাজরগে। থমলৈ মীংকোন সানা পুংলেনয়াইদা
হৌরিবা শীতেল কোম্মীরৈ অসি অঙোবা লৈরাংনি। লৈ-
খোক'সনগী লৈচা শেংনা পুথি-ও নং ঐগী শরী ৱাশক পাংপ
থানবা লৈরাং অসি মালেন তাইবও পানবা মপুংমাগী লৈকে-
ম্না থারম্নু। থমনুং মপুও য়াইদা হৌনা লৈশাং বমলিবা

সিগুম্বা ম'লেম তাইবত পানবদমু তৌনা শীতেল লৈশাং তনা ওইশমু। অত্তুগা অতাই তাইবত মালেমদা নংনা লাংওন ওইহ্নিরে অক'উ শারেপ তান, মপুত্ত মরৈ ফারকলবা মতম পায়না তিন্নং য়োংনা থোইদাংজবা, অপাম মুংশি লৈরকপা লৈপুম থয়োম ওইনসি শরী রাশক (পনদোম্না) পল্লেপনা চেনশি পনচোংশি ব'রেপমরকপা কুমজা কুম্মোমতুমগী শীতেল লৈরাং লৈচুসে মুনা থুমু হুনবা ওইনমু। মতম থোংলৈ তুংইনা নংগী তাইবত লাংতাল, মমু মপোক লোইরবনি। তেংমাই য়ুমগা তমজিলৈদা মালেম তাইবত কোন্দগী লোইরগনি।

ইমুরৈমা— ননাইওইবীনা লাইনিংথৌগী বারেপ থোদা চারৈ ফিগাউশিনা য়াজরি। (তাংজ লুক্না পুনেমজৈ)

থমনুংনিংথৌ— ইশানৌ লইরেম্বী, ওসি কৌনা নোং মকচাং পোল্লাং য়াতম্নীগে। য়াইবীনা তাইবত পুডয়েংলদা নোংমদোল লীকলেক ওইনা থাবীরগে। শীদম পুডমাই ল'ক, নাদম পুডমাইফু মকুই কপলাংখাদা থোদা মথৌ পংজরো। (শীতেল লৈচা শেংনা মশানৌ লাইরেম্বীদা পীবীরে) (লুরেল থক্তা মথুংতোম্না নানবীথি) য়োনিংবা পোইরৈ মকম য়েংনা য়াইথুংজরো ইশানৌ!

ইমুরৈমা— (থোইমোম লাইরেম্বীনা শীতেল লৈচা অম্ব লৌনা মশাবী লাইমিংথৌবু তাংজ নোল্লুক্না পুনেমজৈ) " ব'য়েল থোদাবীবা চানবী হৈবা ইনিংথৌনা থমলৈ মীমুংকোন শানা পুডলেনয়াইদা তৌনা শীতেল লৈশাং তমজরিরী মোমমু ইশুংলাংগীদমক লৈচা শেংনা থাইনা পীবিরে শীতেল রাশক কোম্নীরৈ, কোকোই মিংহুল থোনজরমগে!

থমমুংনিংথৌ— নংগী অপাম্বা মতুংইনা মহৈক ওইশমু ইশানৌ।

—✱ ✱ ✱—

## (৩)

### 'খোংদোম্বকপা'

মোইবী চৌংখস খাপলনা কোয়মা পনশারিবা পোইরৈ লমদম খম্বাল নৈরিককুম, খোইযুম খাম হৌরেল কয়াগী পুকোক লাইনিংথৌ লইরেম্বী কয়ানা খুনংশম নৈশেংদা মুংহৈকপা লম অহৈবত চরী চাউদা নাউদা শন্দে কলগ, ক নৈ পুভয়োলগী শকয়েং মমোল ওগারবা পুথম লোকন্নুং লনভানবী লোক্তাক লাইজ খ্বাং খুংকেন মোইরাং লোক্তাক হৈশাইক্ত ঈশা মাপল (১) নৈতেংবা ঈরম কয়া ঈতিনফম নৈচিং মরা তাবা নোংথৌ মউ জংবা মঙ্গ এন না লাঈজ ঈমাইশিনবা, থাংজিংনা কেপাক লোনখ, লাঈজ ঈরেনখুংগী নৈরাং কয়ানা নৈগং ওইবা লমদম লোক্তাক লমথাংদা লাই মতেল নৈম্বরেগ চৌং নংমাই হাংগত্রা হাদা চং লোনে নিকত্রা নিক্ত চৌং য়াব্রানা পুবা কেংথাংনা তাওবা চীং শিংভুমা শীদোল চৌ লোইবী পুংলাম থাংচৌং, কপত্রু হুইগা থবা চৌংনা চৌঙ্গা ইয়াইদা খোইযোম লাইরেম্বী ইমুরেগা খ্বাইথুলরে।

থুনিং মদোল ক্বাং, খুম্বাক লাইংলশা মহৈ মশিঙাগ নিপল কোইনা য়েং তাইবঙ কনাগী মরালয়াইদ লংমুম শাইওন ওইরুশিগে পায়মা নুংদা নিংনা থল; অমুকসু মচ লংগী নৈচা শেংনা খাইনা পুবকপা শীঙেল কোম্বীরৈ নৈরাংবু মথানুংদ কোনশিন মীংলু পীরাং ঈরাচেল পাইখা নুংহক্রা কপখিরম্মী।

লাইরেমবী—খমনু মপুংম্বাইদা

> শীঙেল নৈশাং তমজবী
> ইতা হায়না খ্বাহৌজগে,
> মে মতু ইঙুংলাংঈমমক,
> মালেম তাইবঙপানবদা পুরকলো।

নংগা ঐগা খাইনবা
কাইনবা লমদাং ফৌরককলে,
মতা ওইবী ঐহাকতি
লাইরমলেমগী শাইওল থাদোকলম,
নম্ন তাইবঙ মীরমলেন্দা
মপোক লাংওল শাক্ষোংলগে ।
মরম লমলেন মদাইমা,
মালেম নৈমনা মেম্বা হম,
লাঈজ ঈশিংনা ব্রাংবলম,
মোরী লেপ্পা চৈং,
খোইমুম ল ইগী খুন্দিনথক,
নাপ্পা চৈক্লা পাউশম্নবা,
নাপপা চৈং ( নানবা চৈং )
চুমলাং কৌবী ফরামা পোথে কলোম্থা লেম,
ফুমদিগী কমবোংনা নাপুংলোপ্পা লম,
চেক্লা চাশিংগী য়ারেকপা লং;
নুরাথেলঃ ওমাচৈং, হন্ন লাইওইবী চৈং,
য়াউওরাকপা খৌদেম চৈং,
চৈক্লা ভালমা নৈরিকা
লাইশোয় পাংনা ঈব্রাই ইনিন
ইপোম মাইনা শন্দোংকপা
মক্ষম অসিদা থারম্নগে,
এলহৌভৈদা ভৌনা নৈশাং তহগুম
মোইমৌ নংবু শাহলমউ ।
করিগুম্বা নোংনম থোম্দগী
নৈরাং ওইবী নহাক্লা
শীতেল নৈচু ওলবা

মুনা খুমু হুম্লকলবদা
নতা ওইবী ঐহাক্তি
তাঈবও লাংওল লোইতুনা
থমনুং লাইরৈবাক্তা হনগ্রে,
ইতা নংনা খংবীহৌ-ও,
চান্নবী নংগীদমক্তা
লৈরাং লৈথোং শেংবু
শীৎেলল নংবু য়েংভমমোই
চীঙভ, মোংথৌ স্নাংবরেল
লাঈজ ঈরিক ঈতম্বনা
নোংমদোল খিকল্লেন চায়নবু
লৈরাং নংবু নাউকোনসন্নু ।
কুমজা খুদিং কাংদা
কুমওন অনৌ তাইনবদা
শীৎেলল নংবু লৈহেকমা
খোইয়ুম লাইথোং খুদিংদা
তাইবও চানা কৎচবদু
কুবী চানবয়কো ইতা। ও ॥

—★ ★ ★—

# (৪)

## ' চীঙুঙ খুবমনেম '

শংলেন শাবাম্নবা অহ্রংবা লোইবী চীংজাউ ফুম্না নুংপুম শাবা চীং, ফাউরেন যগ মকুম মাগ্না চীং লাঙ্গৈজ ঈরিক গোকপা চীং, চীংশা নাপোম মাপল ফাংবা মালেম লৈশা ফাবা চীংলেন খোইরুম মিংলেন মিংলোইনবা কোম্লোই মাগী থঙজী চীং, থঙজীং কোইরেন লাই নিংথৌ চানোং নিংথৌ তরেংবা, খোইরুম লাইফাংথৌ লামসল শরোই ৬১ ( হুযকু মাথোই ) লাই নুরা ৭ লাই পাখং ৭ লফৈলেম্বা ৯ তুরৈমা ৯ লাই অয়াম্বগা লোইননা খোইয়ুম হৌ-রুপলেংনা তিম্না লৈরিবা চীংলেনমে।

কোরৌ নোঙ্গাংদা লোইবী লোকশা নুংদগী লৈচিল শেংম্রা মরোল নাইনা হৌরিবা নোংমদোল থক্কা শরা শন্না শংন্দাকলিবা লোইবী চীংপুকনুং তলা চাউথেই অয়ামা মুনা ইশং কাৱবা পাংখেন উকাথেন্দা উরৈ মথল কয়ানা লৈশাং তমলিবা উমং খ্রামং উরি উপাল পাক শন্না কুপশিনবা লোইবী মাগী মরমদম খ্রাংবল মৈ-শানা অয়েনবদা কোয়ৌ মচানশু ফাওভমদা চীক্না ইংনা উক্রুম লাংলবা মফমনে। নোংমদোল থিকলেন লিক্কানা মক্লিক মরিক তারিবা, তাইবঙ থৌদা পুযা মালং মমপোন ম্লাংবগা লৈচিল মাগা ঈরোইনা লৈনা চাইগা মুয়া শিংচিনলকপা অকি তুম্রু-নিংঙাই ওইরবা নোংলৈ নুংশিংকী শ হুবনা লেপকবা মক্কমনি। খ্রংলবা লোইবী চীংদোল অসিদা ফুরা লাইশং থৌদু নুংলেন কয়াগী মচুনা মরোল মরোল নাইনা লৈশেম নুংশেমলকপা " চীঙুঙ " মাগী লাইফম নমুং অকবা লাইফমলেনমে। " চীঙুঙ " মতক চাউবা খোঙ্গাম্নে মচল হকপা নুবী শীদবা খোংনেংলবা

মুংনাং য়াইওইবব খুদানবা, পামেল উত্থাল নমঙাম্‌বা, মালং মুংশিং-খোংদা মদোম ফম ফরু; কোংখৈদ্র মউ লিংলিবা কেগে মোইরাং পোং-কপা লাইনিংথৌ "চীঙডু" নংবু চাউবশু কোইরেন নিংথৌবা; খোইয়ুম শাংবশু কোইরেন নিংথৌ, থংবশু কোইরেন নিংথৌ কোইরেন অহুম থক্তা মিংনব শরেং চীংপুক চীংশাংমৈবু তুংইননা কেগে ঙাংথা ঙাংখুম লময়াই থাইনা খুম্বারকপা মোংবা হনবা লাইয়িংথৌ। লোইনম শক্তিবু থা কোরৌ হুমিং নোংমাইজিংদা খেল্লেন পুঙগোইখোনবু লেপনা পানকবা।

চীঙডু থংজীং কোইরেন লাইনা খোইয়ুম মাগী রাথোক লমলেন চীংদগী তাংলো ইনুংরক চনবদা মীৎম্না মিৎয়েং শাংখৈরকপদা থোংঙা-রেল অহনবগী মশানৌ অতোনবী লাইরেম্বী ইমুরেমনা মালেম লৈদা খোংদারকপা, মশু লাংগী থমমুং মপুঙয়াইদা হৌবা শীঙেল লৈরাং কোম্নী-রৈ লৈখোক অমদগী লৈচা শেৎনা থাইনা পুরকপা শমু খুংনা পায় মথাম্নুংদা কোনশিন্না, পায়না মুহিক্না মীৎম তরং ঈরংেল পীরাং থাকমাতান্না মিকপলবু "চীঙডু" লাইয়িংথৌ উরকলে। খেইয়ুম পায়মা মুংদা থনখিয়ে।

খোইয়ুম লাইরেম্বী ইমুরেমনা তাংলো ইনুংয়াই চনবদা শীদ য়াই নাদ য়াই ওইরবা লাইরমলেনগী মপোক লাংঙলবু থাদে বলম অঙাই তাই-বঙ নোংশাপল, অশি শিংকক রক্তেমবুংদা নমু ত ইবঙ মীওইনা শান-ফেংলগে পায়মা মুংদবু থৈনা খোইমোম লাইরেম্বীনা পদেপশবোইকো অপাম্বা মাগী তাইবঙ লাংঙোল শাইওন লমদাং অসিবু মু হল্লগে। চীঙডু ঐনা কোম্লিবা কেগে মোইরাং লেইরেল মনা পুঙদা নমু তাইবঙ চনু ওইনা ফেংলসনু কোংলেম হনগা লোইজা নিংঙোল লাক-পগী মমোম মুরা য়াইদিংকোনু হায়না কোম্লোইরসনু। হরা মাগা মোইরাং শীনগুহনবগী মপারি শাম্বা লমানবপা মুংশি খৈয়োম লৈপুল ওইহনগে। চীঙডু ঐনা শাবী শানৌসিগী লাংঙোল লমদাংবু মিৎয়েং শাংখৈনরগে। ইশানৌ অয়া লৈমা পামখোইবীদা ল্যাংওল লমদাং শিম্বা পরম লীকলম কায়দনা খোইমোম লাইরেম্বী ইমুরৈমবু ওইগী

কন' ওইরিপবা' ইমুন্নৈমা এনা মাঙ্গেল তাইখঙ পানবা অসিদা নমু পোংশক 'ওইনা লাংঙোলগে খোংদারকপদি চীঙঙ্ ইবুংঙো লাইহিংথোনা কুম্মীরে। থোইমুম মাগী মশাইকোন কে পে ঙাং-ঙোই পুঙমহোলদা চংসগে হুজা নিংঙোল্লাকপা ইপম কোংখেনহন্না মরাল য়াই মশাইকোন্দা তাইখঙ লাংঙোল শিমগী পন্থো কৌনা তান ফংলুরগে।

শীদ য়াই নাদ য়াই ওইরবা লাইরমলেম্বী মপোক লাং-ঙে লবু শেংনা থাইদোক্লমলগা ইমুরৈমা চাইরেম্বী য়াইম্বীরেল থরাই মিরাংপানবি তন্দলগুম মালং নুংশিংতা কাইদোং ওইদুনা চিক্রবা তাংলৌ ইনুংয়াই অদুদা মিংঙোল্লাকপগী মোংবা মশ ইকোন্দা মরান মুমচং তমখিয়ে॥





## ( ৫ )

### খোম্লেন মংলান চান্দ

কংথোল চাইবী পাবন থক তেরা মোলাং ভাইথাংনা কোং-লেনহল্লা যুজা নিংভৌম্লাকপা ইমুংগী তুমখুল তাল্লী অতং অখঙ লৈতা কোরৌ নোংমদোল থকী লাইজ থিকলেম্লা মালেম লৈমাইদা চোয়জাইননা ভারকপা শহুম খোম্হোল্লা নাউগুম শেহেককুম্লা নিংভোম্লাকপা মকাদা থোকলরে। মনুং মৈ ওই-রকপনে নিংভাইদনা তুমখুল তাল্লিবা অভগা মাগী খোম্লেন মংলান চান্দ চাউওভু লাইরেম্বীনা মচংলরে।

পান্থোইবী— হৈদোইরেম তয়ুম নংদি মিহৎয়েং পল্লা নাউগুমদি; খোম্লেন মিকপ থোকল্লে গনা। নমু খোইয়ুম শীদবী এনা হৈদোইবেম নংগীদমক শীভেন লৈরাং পরেং অমা শকক তমলমগে নশানৌ মোঅমুতোম্বীগা শীভেল পরেংসি শিজিনবীয়ু। অয়ুম নখোই অনিনা পারি শাংতে নমোম ফুইদে। পায়মা য়াখল তয়াং ফশোই অদু ওইগী লমদাং ওইনা ফংজরো নমোম মাগী কোলোই মিংহুলদি থমনুং য়াইদিংকোনু ছায়না মিংগোজাও ইদাইরেম।

চাউওভু খোইমোম লাইরেম্বী অয়াংলৈমা পানখোইবীনা খোমলেন মখৈরমলগা অপাইবা লৈচিল নোংফাইগী মরক্তা উনা উনা মাংখিরম্মী। খোয়ুম লাইরেম্বীনা পিরগা শীভেল লৈরাং পরেং অদু মগানৌ মোমমুতম্বীগী ভকশংদা হুকপা ঙতবদা লৈরাংশংরংগী শীভেল চোইজাইননা মালেম লৈমাইথক্তা কেন্দ্রন না তখিরম্মী। অরা মুভাই খোদোকপু চাউভু করম্বা নোংদবখোল ওইরিগবা পায়র্মী খম্না খোমলেন মিকপ থোকলম্মী।

নিভোম্নাকপ — হে খোইয়ুম লাংবুম অরিবা "ইবুধৌ থ জীং"

ননাইগী খোমলেন মংলানচানগী পাউমেন অসিবু কপ্পকপ্পা ইশানৌ ওকশমদগী লৈরাং চোইজাইননা অালেম লৈমাইথক্তা মচোই মচোই তাবসিবু চীওংদা করম্বা খুদম চাংদম ওইবনো পাম্মুইএ !

মোল্লাং অমত্তদা য়াত্তা য়াহিপ তাক্সিবা মশানৌ ওইবীবু হৌদোকলম্ম ।।

নিংঙোল্লাকপা — "ইশানৌ মোমন্নতোম্বী নংবু তাত্রা ? খোমলেন মীকপ খোক্লোপবা ।"

মোমন্নতোম্বী — করি ওইরবনো ইশাবী ।

নিংঙোল্লাকপা — ওসি ঐগী খোমলেন মংলানচান্দা চীওংদা খোইমোম লাইরেম্বীমা পায়বা পুক্লিং থৈনা হয়বা শীৎেল লৈরাং পরেং অমা খুংশিনরম্মী । তাইবও মালং পানবদা অহুগুম্বা শীৎেল অচু উখত্রি । ইশানৌ ওইবী নংঙোন্দা শিজিনবীয় পাউতাক্রম্মী । নখোইননা পারি শাংকে; নমোম কুইদে পাইমা রাখল তয়াং তশোইবা অচু ওইগী লমদাং ওইনা ফংজরো, নমোম মাগী কোন্নোই মীংহুলদি থমনুং য়াইথিংকোন্ন মীংথৈবীরগে । পাউতাক্লমগা লাইরৈমদি অপাইবা লৈচিল নোংফাইগা ঈরোইননা উনা উনা শুম মাংখিরম্মী । শীৎেল লৈরাং পরেং অচুবু, ইশানৌ ওইবী নংঙোন্দা হুকপা মতমদা, শীৎেল লৈরাং কেন্দুনা অালেম লৈমাইথক্তা চোইনা তাখিরম্মী । খেইয়ুম নোংদম মখোরাংবু করম্বা খুদম চাংদম ওইবনো পাম্মুইএ ।

মোমন্নতোম্বী — খোইয়ুন লাইরেম্বী ইমানা মংত্রেম হাত্রেপনবা ওইং রিনি, পায়মা মুংনাংবীগন্নদা ইশাবী ।

নিংঙোল্লাকপা— অহুমকপু কোংলেনহম্বা ঐসে পায়মা রাখল খেনত্রেদা মুংঙাই রখল মাংওইনা অকাউচরৈ কুপখিহুনা খোমলেন মংলানচান্দ থৌদোকপু পাম্মুইদা ।

মোমন্নতোম্বী— মংলানচান্দ থৌদোক য়াবা পাওমবদা করি অকাইবা লৈবগে মহুনা কৈদৌরবগে ।

সোইজ—ইনুং মান ভান্দ্রিতৈ হাউরব পান শমু মাইওম্না থোংলেন মংলানচান্দ থোঃদ কপু পাউনমহৈদে থোমলেন ব্রাক্লিহৈদে. নাম্নুংই হায়মা জহল লাইওবশিংনা পাউতাকইদো। কাউজল থীবা পায়মা ব্রখল ওইথিবনা, মংলানচান্দ থোদেকপু ফোংদোকউইদা। লাকইবা কেংরৌ নোংমাইজিং অসিদা চীওভ, খুম্না খদা হৈরাং লৈরাং লৈকৎ তমসি য়াইফ থৌনি পরৈ নিসংদো ইশানৌ।

থোমগুহোম্বী— ফনদুম মপা চারে. ঐনসু চাখান হেক্ল বংহগে ই ম্নমা পন্নেপই। ননাই ওইবীমা মরুম ময়দাং পুমননক শোইদনা লাংজগনি। পায়মা মুংনাংবীগবু ইবুং ভানপদোববু কয়াম ব্রাংলিবগে।

লেইজ— ইনুং মারেক তমলিবা চেক্লাচাশিংগী ম্নাব্রা থোজেল তাদ্রি শক্তিক লংনৌ তমদ্রি ইনুং ভানগদোবদি ব্রাংলেন ভাইহৃক ব্রাংলিদো।

—* * *—

## (৬)

### 'তাইবত্র লেন্দা শনক্কোংলবা'

য়াইবীরেন্দি শীদবা নোংদম থৌশিনথোম তুংইম্না তম্না ওইবা নিপানা থাবুম অনি পুরম্বা তাইবৎ চয়া অদুবু মশানৌ ফুম্না ওইবী মানা অমুক লৌজরো। নিঙোল্লাকপা মোমনুতোম্বী পায়মা উমগোইনুং জাউজিং হৈরু পামথে। থোইজি মিহুল লাংস্ত্রে. লোইদাম থাবুম তরা নাউপুদুম্বা অঙাই তাইবৎ মালং প নদা মমোম চেংলৌ শককোই হেথৌ অমা শাঙ্কোংলকলে। মালেম ইমাগী ফম্বাক্তা বাইথুংলবদা মম্না অঙাংবা হিকচাই চাউনা হংতা মিকপ থোজেল তমলকই

পান্নেম মমা পেকমাবীনা অন্না খুরো থাংলম্বদগী নুংঙাই ইপোঙ্গা হরাউ মনোক তমলম্মী । লৈকাই মাউকল খোইরেল চাবীশিংনা অপোক অশাং থৌনি পরৈরে । কোরো শিংবুম তরুকনি শুমবদা নব্রা অঙাংগীদমক কেগে অমাইবী নাউকন খোইরেন চাবীশিংবু য়ুপাল তাংয়িন থোক্লে । য়ুমশেং কৈশেং থৌরম মতেংল লোমখ্রে । নিংঙোং লাকপা লাকপিনা, নহস নোঙ খোমলেন মংলন চান্দ খোইমোম লাইরেম্বী ইমানা পাউতাকলবা য়াম্বা মতু ইন্না মমোম মাগী কোয়োই মিংলেন থমহুং য়াইদিংকোন্নু হান্নুনা মিংথোহল্মী ।

থবী চৈজেন্দবা থব্রা লালংদবা কোরো নুমিৎ অফবা ফেংদুনা থাবুম তন্নেং শুরবদা পলেম মমা পোকমাবীনা মমোমগী তরা চাইন তমনবা তরা ব্রানথোং মথেল লু কাই লোইরবদা মমোমবু লাউজ ইপাল লাংবীরে, মপল পন্থো পোকমাবনা চরৈ নিংহিবা শেংচিন কোনশিনবীরগা ফৈরা তান্দা মখোমবু পমথংলগা হরা চাউমনবা তাইবঙ থৌদাং চাকপু চাকখোম লুরোক মঙা শেম তরা চিনদবা মতমদা পলেম মমানা হাম্বখিএ । নব্রা অঙ্গো চারোদো লাইজ ঈশিংদা খুংশা লুপনা মৌরগা কুক কুক হায়না মমোমগী লৈতোন্দা তংহল্লে । মমঃ মম অম চখোম লুরোক অহানবনা তাইবঙ পামবা মপু খঙনা চাকনিদো, চাকখোম লুরোক অনিশুক্ত- না মালেম ইমা লৈমরেল শীদবী থংনা চাকনে চাকখোম লুরোক অহুম শুবনা থব্রাই মঙা ফানা চাকনে, চাকখোম লুরোক মরি শুবনা পলেম পন্থো থংনা চাকনে, চাকখোম লুরোক মঙা শুবনা তাইহঙ মাল্লং পানগী লৌশিং মৈরা চাকনে, কুক কুক কুক হায়না লাঈজ ঈশিং ইখৌ শিথক্লে । তরা চাইন চউমবু লোইরবদা মমোম তাইবঙ লোল থংদ্রিবু খজাই লেঙোল চুপী নব্রা অঙাংনা হরাউ মিমোক তম খেক্লা নেক্লা নেকপবু উরগা পলেম পন্থো অনিমক নুংঙাই শরুক ওইরকই । অয়ুক্কী নুমিৎকুম ইনুংগী থাজ- গুম থম্না মখোমবু নুংশিনা নউয়োক নাউকোম্লম্মী । করিগুম্বা

নরা অপিশানা হিকচাই চাউনা মিকপলবদা মমোম চাউজিববু শম্মু নমদা থোল চরৈ নাহোং শানা পো শম্মু খুবাম শিংনা নাল নাউ-থেমলকই।

ইমোম লাংলেন চরৈহল চেংলৌ শকাকোয় হেনদী বজেং লৈরাং ভনৌবী. নবা অপিশা মংবু তারোদো হুম হুম হুম অণ্ডাই তাইবও নেং-লেনপাস মালেম লৈকোয় পুডয়োন্দা পলেম শকলোন ওইবীদি সরিনে হুম হুম হুম, কোরৌ শিংবু ৩০০ নি ( চাহুম্‌) থাবুক তন্না নাউপুবী নংবু পোকপীদি পলেমনে। হুম হুম হুম নবা অঙ্গো ন'না ভাইবালেন্দবু শনফোংলকপা মালেম কম্বাক্তা বাইথুংলবদা তরা পীবুক লামলংগী অবাম থৌরাংবগী মৈচাক্লা হিডাই চাউমমকপু কপ হংংচা হায়না।ঙকপ মিন্নাওথোল তান্নবদা অহানবা ঈরিক ঈথৌ থোমলাং মাদবু ইনথিবী ( পিথকথিবী ) অমিশুবা পলেমনিদো ইমোম-ও হুম হুম হুম অচং চংভা ভাইবও লৈকোই পুন্নমক্তা নাউয়োক ওইরিবী ( পুন্নিবী ) মালেম লৈমা ইমাসে অহুমশুবা পলেমনিদো ইমোম-ও হুম হুম হুম ভাইবও লৈশেম মুংশেমলকপা মপুগী ফম্বাল লাদা চল্লিবী, লৈরোল মুংলোন অহুমগী ফম্ব ল মপু ওইরিবী ওইনা থম্বাল পাইরিবী ইমা লৈমরেল অচিবী ভাইবও প নবা পুন্নমক্তী পলেম পোকমাবীনিদো মহাকচাংংগী শাইওন শকুম শথাইনা কোন্নোই মিংলেন য়ামলিবী মালেম লৈকোয় মুংদমু শিন্না থুংনবু লাংওল শাইওল্লীবী শানফোংলিবী পলেমনে। পান্নমা মুংদবু অকাউ চরৈনফমদ, ইমোম লাংলেন চরৈহল হুম হুম হুম শুমা নাউশুম শকহেকনা থোমলেন হুমথুন ভালহল্লম্মী।

কোরৌ নোংমদোল থক্তী লোইদাম থাজনা নোংমা নোংমগী নিল্লকপা মপুঙ ফারকপা থানিল ওইরকপগুম্না শমলুং য়াইদিংকোনু অচাউ লেপকারক্লে। শাংশুমদমলক্লে; নিনি পানবা থাজশুম শমলাং কোই-ককমরক্লে। ফনেক থোইদোম শেংলক্লে, কুমলাং নাদা য়াল্লক্লে ( চোমাং নাদা য়াল্লক্লে )! লাঈঙ্গ ঈরোলমুংগী ঈপাল লাংনা শাংচন্নিবী লৈ-রাংদা হুান্দারকপা কোরৌ মঙাল মাগী মশেন্না মৈরবা শীতেল থম্বালগুম্না

লমঙানবী নুরা য়াইদি৲গী মাইথো৲নি । মতা৲রে৲ই লুপতিব তিম্নবা শিনাইফমদি কাব্রকপে ( য়াওরক্লে ) তরেং ক্লমং মা দা থা শিনৌ-গী ম কি লংদুম শংলক্লে । তাইবঙগী চরৈ ইমবা ফিশা লোনশা হৈরক্লে । থোইয়ুম খবলাং পুঙাম্নালদা হরাউ শকশেল তম্নদা মতারোইশিংগা লোম্ননবা জগোই থুদেক্লা চৌঙঙ. থোগল তৌরক্লে । নিং ঙাম্লাকপগী মমোঅনি ওমোক্লা হৈখ্রদা. মীপুম তিমা ঙাংবা শোম্নবা য়াম্না ( থোঙেল ) থোনফম তাবনা নুরা মানদি পুম্নম্নান চাম্নদি য়েংউদা হাইক্লেৎতং য়েংলগা চিগ্নান ফিজিনা থুমলগা থোই-রুম মোমোন মতৌই । চুজা মতৌ উবদা তাইবঙ থোইমু লৈ শামলবা কয়াগী মিৎয়েংনফম ওইরক্লে । পম্লৌ চিম্নোল চাইলোম্নং অমতা ঙাংনা পোকচবী নিংঙোম্নাকপী মমেমচোই ইমুং ঙাম্নম-দাই শক্লিককুম ইংনা ঙপনা মঙ ল নাইবগুম খমঙ্গং য়াইদিংকোনু লৈবাক নিংথৌ শম্ন্য মীম্নাম্না শক থংনরক্লে ।

— ✱ ✱ ✱ —

# ( ৭ )

## ' অবা নুংঙাই য়গ্নবা '

পোংলেনহগ্নী মথোক কাম্নকপগী অহানবা শৈহৌদা পাম্নমা নুংদা থোইদোবা মশাবী অমা ফজার থোইয়ম মৈদম হেন-ফবা মশানৌ মনেম মচা পায়মা উংপে ইচুংদা থোইখা মীহুল তম, ত উজিং মহৈ ম্লানখ্রে । লোইনাম থাবুম অহুম শুরকপদা মশা-বী মনেম মচাদি খমনুং শাব্রা তান অমং থরৈ কুম শক্লিক অতুংইন থাব্রা মমৈ ব্রাইনা কোরৌ নোম্না তমথৈ । তাইবঙ ম্নালেম লৈশেমলকপা মপুদা পাম্নমা নুংহিক্লা থুদাং পীক্লম নাইনং কথনা পাউলমজনা কোরৌ মোম্নাংদা মতম লেম্নকই ।

লমলেন লোক্তাক কুমহুনা লেমলৈ ডাখোপ তাল্লুই। করিগুম্বদনা লোইবী চৈংদা কাদুনা পামেল শিংজা চল্লুই। মতম কৌবী খোইমোম লাইরেম্বী ইমানা অশুম্বা লমজিং ওই মপারী চাউনবা য়োকলকই।

পলেম পম্বৌ মিকৌ থৈরবা পুংকক চাউরক্লে, পম্বৌ পাদি ক-দাইবো বাহংলকই অঙাংনা, "পারী ইবুংঙো নমু পোংলেপ ফাজিবা মংবু পোকপা পম্বৌ পোকমাবদি হন্দক লাংওলশিমগী চেংলৌ শক উ-ররোই পারী" খমলুং লাংওনবা শারা পনকেনবা অমম শিগুম শিংতেক শিংথাক্লে পারী। করম্বা খোইযুম নোংদমখোল থৌইনশিনবু ওইরবনো কপল্লকই। পাম্মু ইদা, অঙাই তাইবঙ মোংশাপাল খাইনা পুঙময়োল অসিদা লমজিংবীনবা লৈত্রবা য়াংলৌ লমফাংসিদবু থম্মলেনে পারী-ও। পম্বৌ মরী য়েংডি তামথ্রে, পলেম য়েংডি তামথ্রেদা তাইবঙ লৈশেম-লকপা মপু নত্তুনা ইমা ইচাগী চংজম কনা উদেদো পারি। খম্মোই মুংগী মৈচাক পুঙমদ্রবাই হিক্লা হিক্লা কপ মপারিবু কোল্লগা মিকপখি।

মতমগী য়াওল মতুং ইম্না মপারী শম্বালমগনবনা শাংশু ভমলক-পগী পাগী পরেপ তাল্লকলে। লেইবী চৈংদা কাদুনা ঙলা পামেল শীজং য়াতাই ভমদাইরক্লে। তাইবঙ থরইপানবশিংগী তরা নোংদমলিবী লোক্তাক লাইরেম্বী ইমাগী মশাইগোন্দা রাকয়ে হিরেল তোংডুনা লেমলৈ ঙাফা তমলকলে। করিগুম্বা কোরৌদা হৈকক্লা তরা নোংলেনখিবা কয়ানি ইচাউ ইকা থুদিংগী বাংবা শারেপ ইল্লিবী বাইনু চংম্বা তুংজাম্বীনা শংমুম্বরকলা মতমদা খাওরগা লোইমোম কৌগী মচুং ওইনা তরা চিন্দমলকই। কোরৌ নোংলেন চুপনা নোমজুরবনু অঙাংপগী অবাংপা লাইরামদোম তামলবা মমা মচাগী পুজিনি।

করিগুম্বা মপারী শাম্বনা মীথুল লাম্না চত্তুমা তরেং শেনজা ওাল্লকলে মমাগী মত্তেং পাংলকলে পলেম ওইবীগু থরা মথৈদি অবা শরুক হন্দোকচরে !!

—✱✱✱—

# ( ৮ )

## ' খোইয়ুম খমলাং পুঙ '

হ'য় হয়া শীদবা খোইয়ুম খাইনিংথৌ চীঙঙ্গু থংজীং মশাই-
কোন্দা হৈরাং লৈরাং লৈহুল তথা কোয়ৌ লোংমাইজিং নুংশিংনি।
অংক রেন্দা অঙগম নম্ তাইবঙচা কম্লানা লৈরাই হুমশেন কুম্না
উত্তি শপথোং তেং চেংহি রিক্লা ঈতৌ পাশানা লাঈজ ঈপাল লাং-
মারে, থুপা মৌবী রা শমজেংনা শমলাং তোনগা নাল, লাঈজ
নম নাইবা চরৈ ফিশেং হোংলগা খানেম লৈশা নম্না পলেম পস্তৌ
চনু নিংঙোলশিনা ফিরোই ফিগাম হৈরাং লৈরাং তরা চেংজেন,
অনৌ অপেনগা লোয়ননা চবাল চফু কংলরি। পুরকপা পোংলম
থুংলংক অমাই লীচা হেনবনা তাইরেন পেংফাই লোংনা খায়ু,
নাইহু চফু গুংদগী লাইজ খিকলেন চাইথোক্লা ওয়া লমওকই।
চীঙঙ্গু লাইগী সাইমাংদা পুরক্লিবা পুম্নমক কংলরি। কোয়ৌ খাগী
শঙালনা পস্তৌ খোংবা শংলেনখাই মজোল ময়াই থৌরঙদা মতা-
খোই লুপতিমগা লোইননা খমংহাইদি কোনু শোইঙ্গা বোনপাক্তা
হৈরাং লৈরাং, ওরেং শেঙ্গাপা লোয়ননা চীঙঙ্গু খুয়া খাদা হৈরাং
হৈকং তমলরে চয়রাশি তাংজ লুক্লা পুনেমলি। পাখং শথালম-
গমঙসু নহাল নেংঙা লোইবী চীংদা কাদুনা পাখেল শিংজা চন-
ঙৈদা পাখং মানা হেকলকপা লৈশং খেকখ্রাই লৈরাংলেন শীতেল
উথখাল থরদং চেবী লংতোন লারাক তাইনা য়োমশিল্লগা শঙ্গু
থুংনা পায়দুনা খোইয়ুম খমলাং পুং য়োরকলে। শকমান লেংমান্নবী
হৌমিন কামিন্নবী চনুরা লুপতিল্লা মিনি পানবা থাঙগুম শমলাং
কোইককনল্লিবী, লুতুং তাবা শম্মাংনা, শবজ্রাই খোইমু পাংথকনি।
থাং পনচিদগী মীংদু য়োনা শারা শঙ্গা শন্দোকলি।

লাঈজ ঈরোম্বংগী ঈপাল লাংনা লৈরাং লৈশাং তমলিবী

পুমবুমলব ঙাংলৈমখা অঙৌবা শীঙেল খ্বালদা হন্দোকলকপা অঙাল মাগী মশেক্না য়েন্নবা চেংলৌ শকতম চন্নুম্নাশিংগী, মাইখোংনি। পাক হেক চংশিনবদি মঙমদে, ভুং ওইৱপনা খল্লা লাপত্তক লেপলম্মী। মুজা ওইবীশিংনা শেৎলিবা চৈন্ন নমথাং শিন্নিবা লিক্লাং পয়েং মিৎয়েং শংদা-রুবদা, অঙম অথৌ য়াইককোমনগী মচা মগুশিংনা "চৌগুৎ" খুন্নাখাদা হৈন্নাং লৈরাং হৈরুক কারকলিখোই পাখং পায়মা মুংদা (সিংলুই) খল-লুই। অমুকস্তু মমঙনরবা পাখং মাগী শেৎলিবা চৈন্ন ফিজোল ইল্লিবা অতুদা মিৎয়েংলুরগা ইকাই মুংশি য়াম্নবাশাম্বা মাগী মাইখোংনি তাঞ্জা চান্না হয়িং খোঙয়ম্বী অমনা পাখং নামদা লৈশিন লৈশিন ঙংলমলগা মুজাশিংগী মরম খাইনা নাপ্পা কোয়না পাইশিল্লুরপা য়াইদিং মাগী নাপ্পদা ঙংলুরি। মখুৎ খায়তুনা তাম্থোকই, করিনোদা খোইনৌখোই হয়িং খোং-য়াম্বী অমনা নাপ্পদা লৈশিন লৈশিন ঙংলন্নিবসিমু তাম্থোকই অমুক তম্না পাইশিল্লকই। খোইমৌ মত্তারোই অমনা মাঞ্জা মকাদা পাউশাববু থারকপ্রা "হৈমা" য়াইদিংনা হায়রকই ময়াম পুম্বা খোইরুম মোমোন মত্তৌনৈ। য়াইদিংনা ভুংলোমদা হাইফেৎ মিৎয়েংলকপদা ইকাই মুংশি য়ামনা লেপলিবা পাখং শকপাম থোমবু উরুরে। মিৎকা মিৎকা মিৎচানৈ ৱাদি অমত্তা ঙাংবদে, পামগী পানগী শকউনন্নবস্তু মুংগী মুংগীদি শকথন্নয়ে ঙাইহাক মুংবংনরে। "ইত্তা ঐখোয়না ইবুধৌ লাইমাংসে থৎলমাল্লে লম্বী খরা থামিদো, শোম্বাংমনা য়াইদিংনা মত্তাশিংদা হায়জ-রকই। পাখং শাম্বনা "ইচল ওইবীশিংগী খৌনি পরম লোইবা ঙাই-জবনি লমথৎপা ওইমা লৌজদেদা। পাখং ম্নাম্না খোমকম তাবদা মত্তা অমনা "খোইমৌ ইত্তারোই খন্না থজিক হন্দোকসে" হায়না হান্দোকনৈ পাখং শাম্বদা অমত্তা ওইনা মিয়েংনখি।

"লৈন্নাংগীদি খোইমুমে খোইমুগীদি লৈন্নাংমে অপাম পামদবদি পান্নমা মুংগী খম্মোই নন্নমে, পারি ইমোমখোই। অমাইবী অমনা ৱাপাংলকপদা ময়াম পুম্বা নোকমিন্নৈ। পলেম শকপী ইমা-ও লাঈজ খিকলেম অমুক্তা চাইখোকপীরকউ। শাম্বা মানা হায়জবা লাইকোন

পুবী মাইবীমা লাঈজ থিকলেন চাইখোম্না লৈরাং মাবু লমওকই। মপান্নী মাগী লৈরাংবু হাংদোকলুবদদি কজৈদকো কজৈনা তরেং শেঙ্গা য়াওঅবশু ফরে অরৈ অরৈবা কৎলগা লোইরে " চীডঙ্" ম্নংখুম্নাখাদা শীজেল লৈরাং লৈহুন তম্নীরে। চংবী লাতেংন থক্তা লৈরিবা তোমলং শরিক থিংনা খোইয়ুম মিংলেনবু শোম্না কৎনীরে। পাথং শাম্বম্থু থুকউ মালেম লৈত্তানা চীঙঙ্ লাইয়িংখোবু পুংনমলে। শাম্বা পাথংগী পাম্নমা থুত্তা হৈমন লৈমন থরা চংবী লাচেংনা য়োমতুনা পিখীরে "ইমা মাইবী ইবুধৌগী লৈরাং লৈমন ওই শীজেল উ থম্বাল অমতা নিজববু য়াবীরোইম্নকো হ য়না মত্তারোইনক্তগী য়াইদিং মানা হায়জরকই। করি য়াদনি ইমোম-ও রাং-লেন ডাইহাক্তদি ভাইখোদো পান্নী মানা কৎলকপদা ইমোম ওইবী ন-খোই শরুক তমদনকো করি হায়গে ইপারী। "ইচল ওইবীশিংগী অপাম্বা শীজেল লৈরাং মাবু নিজবদা পলেম ওইবীগী মখোনিদো ঐনা করি অমুক হায়গনি। " ইপান্নী ম্নান্না নিংথিবা খোনকম অথোৎপবু ভাবদা পায়মা মুংওদ্রি, ইমোমশিংদি করি ওইরিগবা। " ঐখোয়দি শীজেল উ থম্বালদা মিজবনে, পায়মা মুংদি করিশু নিংজদেএ মত্তা অমনা হায়রকই। " রাখল কিশি থংফদে মিনমহৈদবা লাইয়িংখোনি কুবী হৈবা মপুনি। লাইকোল মাইবী য়াবদা ময়াম পুম্বা নোকমিমে। ইবুংগৌ লাইকোন নিরুকই। রাডাং শাডাং মপা লৈথেৎ চানা হাংবা হৈরবা থাবী লীদা হেনবী অমাইবীনা মীপুমত্তিংনা নে কহম্নবা মতুংদা পান্নী ইমোমখোই শেলগী শেলমিৎ কাদি য়েংলোইদ্রা ম্না কোনগা হুন লুপা য়াইগা লংনা থুদম চংদম য়েংজগে হায়না য়াইদিংনা মরক থৎ-লকই। মাইবা হনবনা মাংদা লৈরিবা চংবী লাচেং অনদং, শম্মু থুংাক মরাইদা ম্না লুপা কোনয়াই তোঙান তোংপাম্না হাপনা খোইয়ুম মী লেন অথোইববু মিংখৈম্নকই।

" হো কংলৈপু লমহল ও মনেম অনি থোক-ও তুনেম অনেম অহুম থোক-ও লৈমুরোন পুরোল মত্তামক লৈহৌরোন পুরোল তরুকমক লৈথাবী লৈরাম্বী, অপোক চনু, লাইহুই চনু, নশু হে পুডখোহে লাইম্না

অঙাংবনা নৈথদ ঙাংরেং ভুনা নৈতাইজরবনে ।' কোম্নৌ নুঙলুপাল অঙৌবনা, নোঙলেন তরুক ভুনা নেংদাইজরবনে হয়ী চা হম্না হে হে খোইযুম লাইয়িংথৌ । কে গে খোইরা এনহৌঙৈ যাহিপ পোকলেন অকুবা ঙাংঙোই লৈশেম চাহোগী চীঙঙ্ কোরৌ নোংমদোন হনবা নোংমদোল অরাং লাইবুঙ থেগী খোইয়ুম লাংবুম অরিবা; খোংনাং ম্লাইনী শীদবা চীঙঙ্ খোইয়ুম লাইয়িংথৌ শজিক থবা খোংনেংনা মালং মুংশিং কোয়েং পরৈনবা মেলৈ লৈস্না নুঙশমপাল কদাম্বা লৈদি লৈমুংশি পামেম শয়ি থেমজা থক মুমা থুমু ঙাংদমলবদা খোইম্নম পায়মা নুংঙলপা লৈশং লৈঙৌ থাউওম্না পাম্বা কৈয়াংথক্তা তোং কে গে ঙাংথা লময়াই থাইনা থুংইরকনা লাইয়িংথৌ নংনা নচানা স্না লুপা কোনয়াই ভুংদ্‌-রিএ, অফবা খুদম চাংদম পীনবীয়ু ''হয়ী উম'' চংবী লৱী মথক্তা শাম্ন্ থুংনা উমদা স্না লুপা কোনয়াই নম্না লৈববু উরে । যাম্না যেএ নবুধৌবু পুনেমজোও । মুরা লুপতিম্না '' লাইয়িংথৌবু পুনেমজরে ।

থাবীশিংদা চলীবী লাইকোন পুবী হমাই দিচা হেনবীনা শী-ঙেল উ থম্বাল হৈরাং লৈরাং থরগা লোইননা চম্নরা শংগী পোয়াদা শরুক ওম্না হাঙ্গীর । পায়মা পুক্নিংনা খোইদাজবা নোক্না অপাম কাদা বাইথুংম্নবা বশনা পৌরাং পীরোইননা কাইনা থাইনবা ঙাইবঙ নরম লিকশনিদো পাবৌ ইমোমথোই ।

শাম্বা— পালেম শকপী য়াম্না প উত্তাক পাউমেনবু পায়মা মুংদা তম্বকই । লুরেল কোকচ ওবী কাইদা ইমাও ইচল লৈম্নাং মদম মান-বীশিংদী করি ওইরিংবা মতা অমনা '' ঐখোয়দি থংৎপিদেয়ে । ময়ান পুম্বা নোকমিম্নৈ ।

—✶ ✶ ✶—

# ( ৯ )

## ' মপু কাদা '

লাংহৈ কুমশিং ওয়নদা শজিবু লাকয়েল তাইরে। ইন্নুং কোংবা লৈথোং থিংদে। মোইরাং লৈমরোই পুম্বা হৌদুনা মপু মনাই অতম্বা নিংতোল্লাকপগী মোংবা শংলেন তম্না খোংকাপ নৌহুই তম খুদোল লে ক-শৌ হু। লাকপনা অতম্বগী মোংবা শংলেন য়োৱরক্লে। কেগে চম্নুরা মুজা ময়াম উবদা নিংতোল্লাকপনা য়াবা মপাউ হংলকই। ইমোম লোংলেন খোইনা ইথান য়াইদা খোংদোইরকপবু হাইনিংবা করি লৈবনো চৌঙ্গাই য়াবা পাউথমসি। (অতম্বা য়ংবা তাবদা) " পাম্খৈ মানবা অতম্বা নমোম ঐখোয়না পম্খৈ নরাল য়াইদা খোংদোইজরকপদি কুমশি কুমজাগী লোইদাম মকুম ওইরকপনা, লোইদাম অরিবনা খাদা চংগ্রে থাজ অনৌবনা মাংদা থাররক্লদা। শজিবু লাকয়েল তাইরে, কোংবা লৈথোং থিংগে, নমোম ঐখয়না লৈবাক খুঙ্গাউ লৈচাওবা চাকহাং ডাহোংনবা লৈবাক নিংথৌ পুন্সি মুংশাংনবা মপু মাগী কাংশংদা লমথা কাংমিতম চেকফৈ পান্দম লৌজগে মপু মোইরাং নিংথৌ স্না য়োইগোম্বদা পন্থৌনা অমুক্তা পাউদমবীয়ু। লমদাং অসিগী নমক চম্নুরা লশিংবা পম্খৈ খুয়া খাদা পুনমজরিএ।

" ইমোমখোযগী য়াবা মশাক্তি তাবদা পায়বা খোইজংডি তিলাং খোইদাইদো ইপানা মপু স্না য়াথং লৌরুগনি ইমোমখাইনা মনিং লৌজো। মপু য়েইগোম্বং য়াবা পাউজকপদি হৈদো. ইশা অতুক হৌরুখিগে। হাইবলগা চরে তম্না হেংদুনা নিংতোল্লাকপনা য়াজং হৌজংহু। চংখিরম্মী।

স্না য়োইগোম্বং যৌবদা নিংতোল্লকপনা থুকউ মাংলম লৈদা তা খুংফাং চাংজো লোম্না নদাইরেম্না মপু থুয়াখাদা লুরবক্লা পুনম-জরি। মপু মোইরাংনিংথৌনা ইপু করি য়াবা লৈবা হায়নিংবা পুম্বা

পরিং শানা হায়রিপি " অরানবা কয়া ঙাকপিগনি, অয়োবা কয়া কনবিগনি, কুমশি কুমজা ওইবদা মাংলমচত্তসু থোকখিদে, তুংলম-চত্তসু ওইখোক্লে, কেগে লৈমারোই ৭ মোইরাং লৈমা নিংঙোলবী ৮ চহুরা লুপতিন্না লোইদাম মকুম ওইরক্নবদা লমখা কাংমি ভমজ চেকক্ষ পনদম লৌঙগে লৈবাক নিংথৌ য়াইফনবা, চাকহোং ঙাহোংনবা পূন্সি মুংশাংনা পানক্নবা হায়দুনা মপু সনা ম্লাথং লৌমীযু হায়না, চকপা লোই থেম্বগুম, ননাই ইয়াল য়াইদা ততমা য়াকরম্লে। অহুসুংগী মপু খুয়া খদা ননাইনা পাউদোইজবনি (হৃঙ্গংচবনি)।

' ইপু নিঙোল্লাকপা নুজা মপাউ তাবদা পায়মা খোইজংই তিম্লাং-খোইদাইদো, চহুরা লুপতিন্না কাং শান্নবা হৌরমদাইদা লৈমম্লোই চহুরাশিংগী শম্মু নঙ্গল থক্তা চরৈ ময়েক নাইবা অমমম কুপকদোবনি চংশদোবা চরৈ লমথাং (লমখাং) নিংথৌ ঐগী পু-কৈদগী মনা ফি ওইনবা পুম্ভো। অকা মচা তথা ৪ না লৈকাই ৮ খুনচেপ ৯ য়াম্না পাওজেলহল্লু। মোইরাং লৈমা নিংঙোলবী ৮ কেগে লৈমরোই ৭ নুজা লুপতিম্না কাং ভেমশিংনগদৌরি, তম্না মিপা য়াওক্নরেই। লৈবাক কুম্স নুঙাইনবা শান্নহল্লু। ইপু শম্মু সীপুম্ম ভিংনা ইহরাং লৈরাং অথেমপোৎ অঙম্বশিংনা লাংগদোবনি / মপু মাগী পুকদগী মনা ফি ওইনবা নিঙাল্লাকপগী পায়মা খুন্তা থুংশিন্নরে। ঙালৌ মপুবু পুনেমলন অঙখা মরাম য়াই পাংলক্লে। নিঙোল্লাকপনা মপুগী সনা য়াথং লমদাং পম্বা চিথদা চহুরা লুপতিন্না পাওতম্নমী

— ✶ ★ —

# ( ১০ )

## ' চনুমা লুপতিম্মা কাং তেমশিংনবা '

কা ৫ লৈবা মপু মাগী কাংশংনি । কাংগী কাংলম ৭ কাংশংগী ময়াইদম । কংশং মতা য়েংবদা মাইগে ৪ কোইনা মিংয়েংবা য়াবা কাংশংনি । অবাংবা থাংজিং চীঙ্গ ট চীঙ্গু খুনমদগী লাইক্ত ঈরক হোরক্লিবা মোইবাং তুরেল্ নাপবী ঈরমা কে গে খুনয়াই থাইদা অবাং পাংনা হেকেন মখিবা নোংপোক নোংচুপ লখাই খইনা খুনথক পান খুনগী পানা চিংথোননা কাংলুপ নাইনা কাং তেমশিংনবা শাকবা লেবাক্তী অচৌবা কুইমনি । হৈরাং লৈরাং অথেনদোং লুক ১৫ থমা হাপতুনা চনু নিংতম কয়াদা পোৎ লম্লকপা ভাইবতা কোঙ্গইনি । মসিনা অভম অকৌ ইভুশংগীন মশিনা শাম্মু শিয়াম পুংগীন, মসিনা কাংবুরোইশিংগীনি । অভম্না মিয়েংচংমা মচা থায়না, মথল মথেল নাইনা থমলকলে ।

খুইক পানাদা থম য়াইদিংকেমুনা এতা লুকী লুচংবীনি ।। খুনথা খুনথা পানদা হাংলেনখোইনা মতা লুশকী লুচিংবীনি । মবল ইংথেল চাউংগানবুং শিঙেল পান্থী খুদিংদা, লৈরং লৈশাং বথদো লংনৈ থোইমু কয়ানা লৈরাং লৈনম ভাবদা ভাওনৈ থোইমু কয়াদি, শিঙেল শকপু য়েংজনিং থিনৈ কোয়না পায়ছনা কনাগুপী শীতেল লৈরাংদি পামেল চঙোথাই হেনবদা লৈরাং লৈশাং ভমলম্মি । কনাগুপী শীতেল লৈরাংনা ভলা পামেল অনেৎদা লৈরাং লৈশাং ভমলম্মী । মনা লক্তা কয়া অমা, মরুম থঙ্পনা শাংচবা শীতেল লৈরাং কোঙ্গাইনি ।

অউবা কয়া অমা উবদগু কৈঙ্গাইনি । পংনা উনাফংবদ থে ইমু ওইবশিংচুনা উনিংথনা খোরাংনবা কোয়না পায়রুংগা

লৈরাং শাৎফম অত্নুদা শীঙেল নাক্তদি য়োঙমদা হন্নখিবা খোয়মু কয়ানি । ওসি কোৎৰৌ অসি লৈরাং ময়াম পুল্লরনি তিংরনি মপু কাংশং অসিনা শীঙেল চেংলৌ শকী ম খগি উরগনি । পাথং মতম. ওইবশিংনা পায়মা মুংদা হরাউনা য়াবা পাওশামৈ । কে গে লৈমরোই ৭ মোইরাং লৈমা নিংঙোলবী ৮ চন্নুরাশিংগী কাং তেমশিংনবা মিৎয়েংহৌদবা য়াদে হায়দুনা ত্তরা চাকতল চাতুনা শম্ম, মীয়াম মপু কাংশং তাম্না খোংশামরক্রে । মখল মথেল মচু মমেনগী চরৈ ফিজেৎ লৈতংনা কে গে চন্নুরাশিংনা শম্ম, খুত্তা শজি কাং পায়না মপু কাংশংদা ৱাইথুংনবন্থ য়াওনরে । কে গে ফমপূলোই লোইনা পম্না তিল্লবদা লোই-জা নিংঙোল্লাকপনা কাং হৌনবা কাংফম শিল্লক্রে খুন্থকলোমগী কাংবুরোই মোংশোক লোমদা ফমহল্লে । খুনখারোমগী কাংবুরোই ফমেললোমদা ফমহল্লে । মোংশোক ফমেন অনি মক্তা চন্নুরাশিং মাইয়োকনমা ফম-ল্লে । অঙমন্থশিংনা মপু মাগী মনা ফিজোল্লা চরৈ লমথাং মোইরাং ফি ফিজিল চল্লবা কাবুরোইশিংদা অমমম শম্ম, নমদা কুপলক্লে । খুন্থক পানা কাংবুরোইশিংগী ওইরমথংবা লেংবান্দা লৈ মচু ফিয়াল অমমম ক্কক্কলৈ মচুগী ফিয়ান অমমমন্থ খুনখা পানা কাংবুরোইশিংগী ওইরম থংবা লেংবান্দা য়ানশ্রে । শীঙেল লৈচু কয়াগী পরেং মুজাশিংগী ঙকশমদা হুকাশ্রে । লৈশক পুম্না শেমলবা নাক্লগী লৈরাং নাচোম চন্নুরা থুংনবা য়েনখ্রে । পুমবুম্নবা লৈহাও লৈরেন কয়া চন্নুরাশিংগী শাইককপা শম্নাংদা য়াম্নবা য়েনশ্রে । নোংচুপথংবা মাইগৈদা শংলা অতিয়া মকোইদা থোকপা হুমনি পানবা থঙজগুম. চন্নুরাশিং শন্নাং কোইকক্করিবী চেংলৌ মাইথোংনি । ইন্নুং ঙাল্লমদাই ইংনা চিক্লা মঙাল নাইরবা শজিককুম পংনা উনা ফংদবী চন্নু নিংঙোল ঙাক্কনি । চেংলৌ শকপানথোং থম্বাল লৈকা ওমজবা ইবাং-লোন চন্নুরা ওইবী নিংঙোলশিংনা ইংনা মপুগী কাংশংদা ঙল্লরি । তম্বা চাদি কয়ানা পানা খুদপ য়েল্লকই ।

নিংঙোল্লাকপনা লৈমরোই কাংখুৎ অনিদা কাং হৌনবা য়াবা মপাউ লাউথোক্ল । কাং হৌজিনৈগী মমাংদা নিংঙোল্লাকপনা তরেৎ শেল

ময়েক অমা পুথোক্লনা " শেনগী শেনমাই লোংনা তাবা কাংথুংনা অহানবা খুকাপ ওইনরো " । কাংলপ কংবুনা যানবা মতুং ইম্না অউম্বী অবোংবী খুদম চাংদন য়েংনবদা ফমেনলেম্বগী কাংলুপনা অহানবা ওইরম্মী । চেকফৈ তানবী মুজানা থাংচেৎ নমথাং শেমজরে পায়মা খুৎ যেৎলামনা শজি কাং পয়জরে । চরৈ থাংচেং ফবুক্তা ওইগী খুৎশানা শোক্সা পায়, মুরা মীৎম্না অবিনা খিল্লিবা কাংখিল মরুবু শাংথৈরক শিকলম চুম্না হুম্লকই । খিল্লিবা কংখিন্দা হুইনা হুম্না পাম্লরে মুজা ওইবী অমনা চেকফৈ নাম্মা লৌখৎলি । লমথা তম্না কাম্নদা পঞ্জল অমা লৌখৎল । চেকফৈ অমুক্তা কাপলকই মুজা অহুম্না চেকফৈ নামা লৌখৎলি, লাজৈ মথং ওইবী চেকফৈ নামা থিলকই । লমথা অমুক কাপ্পদা কংশি তাবে । শনক্তাকপদি কাংদাংবীনা লনথা কাংলম তানবদা পাঞ্জল অমমুক হাপকৎলে । খুবক হুংদনা মথং মথং কাপ্পনা পাঞ্জল তরুক শুবাক্ত চেকফৈ নামা লৌখৎলগা অহানবা কাংকাপ খুৎথারে । মোংশোক চনুরশিংগী খুকাপতা পাঞ্জল অহু হুম্ক্ত অহুম তম্না হাপকৎলে অমনা অমুক হাপচিল্লি চপ ইমান মাম্নহল্লি । শম্মু মীযাম পুম্বা অহু কাবু কংগুপ মাইন হরাও তযাম খুবক খুনা মপুগী কাশং যাদু পুম্নল নিল্লকই । তম্বা কনা অমনা তরেৎ শেসা থারকই, শম্মু কনা অমনা চরৈ নমথাং থারকই । মুজা ওইবী কয়ানা পানা খুতুপ লাম্লকই । অপাম্বা মুজা ওইবীশিংনা পুক্রিং মকা লামহল হরাও মথোই কহল্লি । চরৈ ফিজোল লৈতংগী শক্তা কাংগী কুম্মেসি । খোংবু কনা যাউদনা শাম্বা লমপানবহু মুম্বা লুপনা কংলেন চেমশিংনবা মিৎয়েং শানথৈরুপে হায়না পাথং খোংদোই হুল্লকপবু মপু বাংশংদা বাইথুংলবে । লৈমরোই মুজা লুপতিনলক্তা য়াওরিবা খংনু যাইদিং কোন্নু চেংলৌ শক পাখানবু উবক্লে । পাথং পায়মা মুংদা থল্লকই ।

নহল লোইদাম থাজ মমাংদা শকউনখিবা কেগে চন্দ্রাতুলি মুজা মাগী রথলনা পাথং খম্মোইমুংদা খাম্বী মৈগুমশা-ফোংদোকখদা ম্নাম্না খম্মায় লকমুংদা লৈরকপা লোয়দাম কুইরবম্নিকো মুজাওইবী

মংবু ঐগী লাইবক থীবা মিকুপতা করমনস্থ থেংনকুবা প'য়মা মুংনা থোইদকুবা মুংশি লংলা লংজিনদি থোকউ ওমদা থনজবনা শান্থা মহা ঐগী লাইবক্তা থোইয়ুম নোংদমবনা তমলমবোইদো। লোম্বোক্তুবা থম্মোইমুংদা পাউহংজনা মদোম নাইতোম লেপনা শম্ম্ তুংওইনা মিংম্বেং শাংথৈরকই।

অমরোমদা মোংশোকলোমগী কাংবুরোই থোইনৌ য়াংলৌ পূম্না খুৎথারবদা মুরা য়াইদিং মদোম ওাইরবদা মতা — — — পাউম্মেল্লকই ইত্তারোই পানজল লৌশি শোইবা চাদেকো? মুরা য়াইদিংকোমুনা শক্তি কাং খুত্তবু পায়রগা কংখিন মিতমগে ছায়তুনা ফমফম লাদগী হৌগৎলকই। চৌওও্ মাগী থেয়োম লৈপুন ওইখিবনা, শান্থা লমগানবা থোইমু শায়াম-লকুগী নাইতোম পাইবা থোইরাগুম থোংবম' মাংেম লৈদা তক ওাংজ লৈদা লুক; অমুকস্থ মুরা মংেম মচ'না লৈবা মাইগৈবু চিংনা য়েংজ মুরা থম্বাল মানবী য়াইদিংকোমুনা. তাংজ মাইথোং লৈথোরকপদা মথংলেন মমান মচা মুংশিবা শান্থা নহা চেংলো মাইথোং উকুবদা মীৎ তরেং স্না তরংবী মীকোই থম্বাল মানবা অনিনা পাথং শকপালথোনবু পুংয়ান চান দ য়েংউদা তাংজ মালেম লৈদা লুকথখয়ে। চৌংগী খুনূ লমলৈমা লমগী খুনু মাইপোংবী চেক্লা মস্থিক চনুনা বাংথল মৈশা থংওমদা মনা পুংলা পাথেল উশা থক্তা কাইদোংতুনা লৈবী চেক্লা চানা অঙাল তংলৌ কয়াম থেংলবগে হায়না পেম্বী মঙক চেপথনা কেরৌ মবু য়েংবগুম, মুক্তা শাইমোল খারা লিংচিন' লৈদনা য়েংজবদা নুজ' খুত্তা পায়বা উন্নি কাং তাখিবতু থংখিদে। "তম্বা চা অসিবু কে গে কনাগী মচানো, মে ইরাং কনাগী মগুনৌ নহাল লোইদাম থমাংদা মিয়েং শাংদানখিবা তম্বা চা অদুনি" পায়মনুংদা থল্লকই। ইরে লমুংগী লেমলৈনা বা ওংগে চৌবদা লাঈজ ঈশিংনা পনসগুম চেংলো শক্তা শক্তা মউনৈ পায়মনুংগী থম্মে ই থম্মে হদি মথংনৈ, পাউশক্লবদি ওমনদে। মতা অমনা চেকনৈ কংফম তানগনি হৌগৎলক্লগা শম্ম্ খুত্তগী কাং তারকলবু কৈদৌরবগে খুনগৎকনি কাওরবা কনাবু মীৎয়েং শাংনৈম্বে? "হৈনা ঐদি শম্ম্ মীয়াম কম্না রু স্বগে

মিৎয়েংলুরে ইকাইজরেদা থোয়নৌ ইতা। ইকাই খুংশি য়াম্মনা কাং অতু খুনগংতুনা চেকফৈ কাংফম তম্লকই, পাল্লবদা হরাউ তয়াম মিনোক্পনা কাংশং অতু পূমনিংদ নিল্লি। কাংগী পল ওম্বা ব'ংলেন ওইরে হায়দুনা অঙম্বগী পাওতাক মতুং ইন্না পল ওম্নরে। মাগী মাপ্পী ফমফম্লাং কাং-বুরোই চনুরাশিং মাইয়োক্লা লোয়না ফমনরে। হৈরাং লৈরাং পোৎ লাল্লকপবু তম্বা চাশিংমা মাইগৈ নাইনা কাংবুরোই অমদি অঙম অথৌ মীপুম থুংনবা য়েল্লক্রে। ঙাইহ'ক বাংলেন পোৎথাব্রি। মুরা য়াইদিং-কোম্ব মতা থোইনুগা মালং হকচিক লাংঙুশি হায়দুনা মপাল থোক-লম্মী। থাম্বী মৈরীমুংগী ম্না ফুদোংলবা মাল্লবা পাখং শাম্বা শকপান-খোনবু মুরা য়াইদিংনা য়েংশিন্নদা শা হায়ফেৎতুং মিৎচি য়েংজ ইকাই খুংশি য়াম্মনা তাংজ লুক্লা থোংক'প নৌব্রা থাংলকই। পাখং শাম্বা মহাকম্ব থম্বাল লৈকা ঙমজবা নুংজা চেংলৌ উবদা; থোংবীনা মালেম লৈমায় তক্লা মাইথো লুক্লা লেপলম্মী। ইতা য়াইদিং মীংগোম্লকপদা পাখং মাইথোং হায়গৎলম্মী। "নহাল লোয়দাম থাজ মমাংদা ইবুধৌ ''থংজীং'' লাইকোম্বংদা শীণ্ডেল লৈরাং উ থম্বাল লৈ কংপা থোংদোইরকপা ইবুঙ তম্বা চাহু মানত্রেদা। "উম" য়াইদিংনা শোম্বা'ননা খুমলকই। মতা অনিনা পাউশানবা য়াবা মপাউ তাবদা শাম্বনা ' মানি ইচল লৈরাং মদম মানবী ও ইচল ওইবীশিংগী কাংলেন খুকাপ শোয়থিগদ্রা হ'ম্বতুনা ইমা পাম্বোইবীবু পূনেমজ পায়মা ব'না মিৎয়েং শাংৈজ'রিবনি। য়াইদিংনা "ইবুঙ ঙাইব-ও মচল ওইবীশিংগীদমক ওম্বোক্লা বানা লাইনিং পরে চেৎপীব্রগে করিনা লমন শিংশিবমো পানা খুদপ লানজরমগে। শাবী শানৌ অনিগী থোইরুম মিনোকনি। পানা খুদপ অতু লৌন' "কাংলেন লোইদ্রিফাওএদি থোইয়ুম লাইরৈমব থাগোমজগে পাঙ্গল থোইবীয়ুকো" "এ ঐথোয়না করি শিংথোই হৈথোইদনা থোইগদবনো" হায়রমলগা মপাল লাংদা থোকখিরম্মী। ইঙঙ্ অঙম্বগী য়াবা মপাউ পাউতাক মতুং ইন্না কাং অমুক হৌরক্লে। ফমেনলোমগী কাংবুনা লমথা তানবা কাংফনি। অহানবা খুক পতা পাঙ্গল অমা হাপকৎলে মথং মথং

কাপক্লপনা পাঙ্গল মঙা শুরক্রে। ম'গী মাগী থ'না কাপনরি। চেক'ফ নাম্মা লৌৎলম্নগা পুমনান চৎলে ফমগেন কাংবু'র ই মোংশাকলোমগী কাংবুরোইনা ক'প্পা থুকাপন্ত' পানজল অতু হান্দ'ক্লা তহুম তগ্না হাপকং-লি। অময়োমগী কাং'র'ইনা পানজল অতু হ'ন্দাক্লা অমা তগ্না হাপকং-লি। লোইজা নিংঙ'ল লাকপনা লৈমরোই চন্নুবা অনিগী কাংলুপতা য়ার' ম শাউ হায়জরকই।

"ঙসি কোরৌ শঙ্গিবু থাগী অহানবা কুমওন অসিদা কে গে চন্নুরা লুপতিম্না থুনথক পানা থুনথা পানা থাইদোক্লা মিংথোনবা লৈব ক পুন্নগী ওইবা হরাউ তয়াম্না অসিদা খুন্থকলোমগী চন্নুরা লপতিম্না পানজল অমা থোইনা লৈনরি মীয়াম পুন্না উবীরে; অমদি য়োইমুয়াই মালেম অঙানবা ময়ুম থোংন'ংপাং অমম লৈশা তমল্লে। শিল্লিংগা কাংথিল উ-রক্লা, ইঙ্‌ অঙম্বশিংগী ব'ব্লেপ মতুং ইম্না কাং কাপ্পা থুংথানরো য়াবা য়াথং পাউ তাকপীরে। নিংঙোম্লাকপগী য়াবা মতুং ইনা কংবুরাই লোইনা থুংথামরে। ইন্নুং য়াচংবা মতম ওইবম', শম্ম্‌ মীয়'ম মাগী মাগী থোংবুরোইগা লোইননা ময়ুম মোংবা মরাময়াই য়োনবা থোংশায়রক্লে।

—★★★—

# (১১)

## 'ব্রাশক পৈক্লনবা'

কোরৌ শিংবুম কয়া লোইদাম থাজ কয়াশিন্না মতম মানা শুনখ্রে। মোংমা শাম্বাসমগনবনা মালং টিচিক লাংউগে পায়মা নুংদা নিঙ থরি লমজাউ মতুং ইন্না নুমিদাং রাটরম শিংপা মালং টরোইননা কে গে মপু য়াইবা রাংবা খোঙদোই হুপকই। মুজা য়াইদিংকোন্নগ্গ লাঈজ ঈপাল লাং ঈরিক ঈঙৌ শোকলুগে নিঙ মরানরাইদগী খোরকই। মুজা পাথং অ'নমক্তো খোংকাপ নৌরা থাংশি থাংজমদা থাংগুমশি কদাই চৎনা লেপনা মিৎচিনা হাইক্ষেৎ য়েংনা চীনথান খোইরুম মিনোক্পা জাহৌদোক্পা শাকোংনৈ। মুজাগী মুংশি মুংওল্লবা খোনকম্না রাহৌরকই। "কে গে টবুং ঙাইব-ও লমদম কৈদা খোঙদোইবীক্লবগে। লোইদাম অদুক কুইনা উদববু মফম কৈদা চাক্তাবীক্লবগে।" মইদিং মপাউ ঋাবদা পাউথুমলকই পাথংনা "ইচল লৈরাং মদম মানবী মীথুল লাম্না পোক্টরৈ অতাম্বদা শিল্লংবা খোঙদোক্তরুবনা চেংলৌ শকউনদবনি। তসি কোরৌ নোংগী বাংলেন অসিদা উনরিবসি ঙাইদো, পায়মা নুংগী য়াবা অমতা "অমতা নমবন্ন তরাথোক্পা তাকপিশি" পন্থৌ ইখোল চাউকোননুং তম্লা চাউথোই হেনবদা লৈরাং লৈশাং তমলীবী শীতেল লৈচু শকহেনবী ইনুং তাল্লমদাই শজিককুম চৌক্পা ইংনা মতোল নাইরিবী লৈরাংলেনদি লৈনুংশি। তমগী খোইমু লৈপাম্বা কয়াগী মিংয়েংশংদান-ফম ওইরিবী তোইনা উনা ফংদবী লৈরাংলেন নৌহৌম্না উবা ফংজরে। লৈরাং মহাকপূ থরাই থক্তা লৈহাপ্পা অপোকপা মাগী খুয়া থাদা লৈরাং লাইদা কৎনবা খৌনি পৈ লিপুম্না বারেপ তেমশিংনখ্রবরা?

"তাইবঙ ককনাগী থৌইনশন য়াউদা মালং ফৌরোই তুংইমা থেল্লো পামেল উকাথেন্দা তাংজরিবী পোমশাংনরিবী শীংভেলনি। "করিগুম্বদা লৈরাং ওইবী মহাকপু শীংভেল লৈপাল ফুক্লগা পাখং ইরাকয়াইদা পুম্নিগী খোঙবু ওইহনা লৈরাং লৈশাং তমহনজনিংববু থল্লুবা ঐনা ফাংনজ? " হায়না শীংন য়াফেংনরিবা তাইবঙ পরম লীক্লমনিনা লাল্লী করম হায়শিবনো, মতুন তাইবঙ লমফৈ লাকনিংঙাই ওইরোইদ্রা" "তাইবঙ মপুমা শীনবনা অমা নমু তাইবঙনা থনবনা অমনি। চনুরা ওইরিবী চেংলো উখিবা কোরৌ অতুদগী ঙাস কাওবা পায়মা নুংগী য়াখন্দা নুজা ওইনীবু অকাট্ট চবৈনজদে। অমম অঙাল নোংখাইরবা চৌঙ মানা থগান শারিশো।

"তম্বা মাইয়ে ওনখিবা নিংহেং শংদাফখিবা কোরৌ য়াংলেন্দগী পাখংগী য়াথলনা নিংভোল পায়মা নুংদা পোংথাফম ওইরিবনি।" "নুজা ওইবী নহাকপু থ পোকাকে থনবা য়াংলেন্দা ইংং মতম চাদনা অমং থরৈ কুম্বা খোংয়ুম মানা পল্লেপনসনু" "নুজা ওইবীসু পাখং য়াবা তুংইমা নিংভোল শকমাই লৈশ্রবোই। অমম অঙাল য়াচুনা চৌঙ থংজীনা খংশনু শারিশো।" শাবী শানী অনিমক্কী পায়মা নুংগী য়ারা কিশি থেক্ল কাংথকনবা ফোদোক্লবা ঙমনখি। নুংশি মৈচাক হাপকনৈ।

—★★★—

# (১৩)

## ' অবা মৈশা লাংবা '

অচাউ শারেপ ফারকপগী শারেপ তাম্রবদা লোংলেনহনবী মমানা মপারি শাম্বগীদমক্তা পয়মা সুংদা অবা হুইশোন লাংলকই। পারীগী হুক্তা য়েংবদা মমা ঐ নওমা কেগে কনা কৈত্রবা লংজা'ন। অরম্বা কোরৌ বাংচেনবা লাইরা ইরানয়াইদা প'রীনা লেংদনা লৈজুনা পায়মা হরাওগনবা। পান্থী মানা' লৈবাথোক কয়াগীমতিক নুংঙাইগনা। কোরৌ নমলোনগ্রবা মশাবীবু পায়মা সুংদা নিংশিং থম্মোই খোইথিংনরবগী হীক্রা মিকপ খোঞ্জেল তমলকই। নুংশি নংগী মৈচাক্রা কাইনা মৈশা লাং লৈত্রা অয়েং চেবগী অবাবগী মৈরক অ'সদা কবিগী থম্বীরম্বিবা ননাও লাইবক থীবীবু করি ওইরসিগে শাম্মবা মোমনু নুজা লুপ্পা ওইবী ঐগী খোইয়ুম মাগী নোংদমখোনবু ওইত্রা কল্লকয়ে। লুখ্রবী ইমা ইচবু বাংলেন খুদিংমক্তা ইবুধৌ থংজৌং মহ'ক্রা লমজিংবীয়ুকো লাই-নিংথৌ। হায়না চৌডঙ মকা ওনা লুরেন লুক্রা পুরেমলকই। ইমুংগী তম্না যানথোং লে ইরবদা মপারী শাম্বাবু ঙাইরকই। অসুমনা তরা বানথোং খুদিংগী মমা মচ'গা তরা চিন্দম্মী মৈ। কোরৌ অতুদি মপারী শাম্বাবু ঙাইবদা তাংলৌ লৈনা থেংলক্লে। শাম্বাসু লৈকাই পনবান লাম্না য়াংগোইরুবগী তুংদা যেংবা মরানয়াইদা চংলক্লে। দাম্নি কারক্ত-না খোংলেন নাক্তা লেপতুনা পলেম মম'বু কৌরকই। পলেম খোংগী নাতৈ কংঙা। পলেম পে কমাবীনা চারগী পৌয়োন শংনা থোংগী মতৈ কাংলকই। পারী তাংলৌ লৈনা থেংলক ওনা লমদম কৈদা খোঙদোইরুবগে? পলেমঅপোকপী ঙসিদি বংলেন ঙাইহাক থেংথ্র গে।

পারী ঙসিদি ঙসি ওইরেদো মতুংদদি ভাংলৌ থেংনা কে গে লৈকাই কোইপনু। করিঙম্বা ব রিনগে হায়রবসু তম্রা চারগ বায়রীনৌ। ঙগা য়ুমচংলকউ। পারী মহাক লৈবগী ইমাগী ব'বা কোল্লিবানি। পলেমবু বংলেন মিকুপ অমা কাউগনু। "পলেম করিগী পায়মা পীবুক রাবগে পাক চাওরবা মালেম ঙমখৈ নাইদবা ভাইবঙ পানবা অসিগা পলেমগা য়েংনবদা, পলেম্মা শঙ্কক চাম্মা হেন্না হুম্মি. মপারীনা ভাংলৌ থেংনা য়ু·চংলকপদা পলেমগী পায়মা পিবুক বরবদি পলেমগী য়াথং য় উবনা, পম্থোগী কোনকৈ লানজরোই। "কে গে লৈকাই কোইরগা মোইরাং পনবান লাল্লগা শকমান লেংমাম্নবা কয়াগা শয়েং থৈম্মা পামোম ভাম্নরগা অরা খুরৌ থাগনি পলেম লৈফম খঙলোই অদুনা তৌবনি পারি।" "পলেম পায়মা পিবুকনুংদা অরা হকচাং ন ইবীগনু নপারী শাম্বা পাঙ্গল চাউরে। পলেম করিগী 'চ'নবগে " পারী য়ারা ভুংইম্মা পলেমগী অরা কে ঙ্গোই কাউরে। তম্রা থীরম্নগে নাথাং নথুং হামদক-লুরো। শাহনা পায়মানুংদা থল্লকই। পলেম ওইবীনা মপারীগী দমক কয়াদা অবাবা খুরৌ থাংশ্রবনো বাংলেন ভইহাক থে বদা পায়মনুংদা ভাইহাক লৈতান' লৈফম থলখদে। মরম অসিনা য়াইক নুংাই কোম্দা শাংচরিবী নিংথাম্লাকপগী মমোমলোই লমজা, ঐগা নুংশি থয়েম লৈপুন ওইনশি শরী নমুংনা রাশক পরৈ তেমশিংনথ্রে নুজাগী মপুং ফারবা থাজ মাল্লবা মাইথোংদা হুমাং লৈরিক কাথিবা শাইনোল থাদা হাইফেৎ য়েংলকপা মিৎয়েং পাথং পায়মানুংদা করম কওগনি। ঐদি লমজা কোনগী পামেম্নি, লুথ্রা কে'নগী উরাংনি। অঙৎগী মমোম-লোই মুরা য়াইদিংন', লাইরা ইরান য়াইদা করম্না লৈগনি। মরম অসিদা ঐনা করম তৌগমি, লমদম কৈদা থোঙদোইরগা তারেৎ শেঙ্গা তাল্লুগনি। হুম কে গে থা থংবা মোইরাং পনবান অথাম্বা লম্লেন রাইথোং পোইরৈ লমদন চাকপী য়ারা কোম্দা শিংজং য়াইতোইচল পামেল উরাই থাবা শিল্লংবা থোংদোইরগে। মোইরাংগী তম্বা ইম মবম্র পংচৎ মচৎলি। পালেমদি য়ারকম্না পলেমদা য়ানবা বাভানরগে। "পারী তম্রা থিবা

লোইরে ভরা চিঙ্গগ্নি। কোরৌ অতুদা মপারীগী চেংলৌ উবদা পায়মা খোয়র'ংনা উই। পলেম মমানা তম্বা চা কনানা লাকচা খুত্নুম চনবা য়াউবগে পারী। হান্নবা পাউহংলকই। নপ রী শাম্ববু তাইবঙ কন'নস্নু লাকচা খুত্নুম চন্দে, অবা খুরৌস্নু থাংজাদে অত্নুবু কৰিগুম্বা য়াবা অমঙংবু চীঙ্গোইনিংই। কন্নি য়াবানো পান্নি তাইবঙ কাংদোং কানবস্নু পলেম্না নাওয়াক ন'ওকোনবীরক্নে। হৌজিক্কি নপারীনা পলেমগী নত্তেং ওইনবা লাইরা ইরানয়াই থাদোক্লনা কোরৌ খরদং তরেং শেঙ্গা তানজরুগে পলেম য়াথং পীনবীয়ু। পলেম ওইবীদা অত্নুগুম্বা য়াবা চীঙ্গোইগন্নু। পারী নংনা পলেমবু থাদোক্লগা তরেং শেনজা তানবা চংখিবা পলেমনা করম্না লৈহৌগনি। পলেমদা হান্না চিঙ্গেইনজিল্লৈদা লৈকাই মরুপশিংনা শিল্লংবা খোংদোইকশি বাহৌরকপগী ঐস্নু হোইয়া-রম্মে। পলেম অমুক্তা খোঙদোইজরুগে। পারী পায়মা বাখল চাউই-দা কোরৌ শিংবুম তরেংনি চন্না হাংলবস্নু চাকম পায়হনা খাংগনি। শাম্বা খোঙদোইখিগন্নু। পলেম কন্নি চিংনা পরৈনবগে, মরুপচা তম্বচা কয়াম্নু মরানয়াই থাদোক্লনা তরেং শেঙ্গা তামবা খোংদোইগদৌরি, নপারিস্নু য়াওজরুগে। পারী ইমুংবা থাংবৈ ওই, কোরৌ নুমিৎ ওইমা খনত্নুনা লৈরিবনি ইমামা লাইরা ইরানয়াই থাদোক্লনা কোরৌ খরা খোংদোইখিনবা পলেম ওইবীমা করম্না য়াথং পীগমি। লাইরা ইরান য়াই পলেম মাঙ্গা লৈরবস্নু চীঙখ্ মানা তমলবদি খমনুং শাবা তান অমম শিগুম লৈখাখিগনি। মত্নুগীদমক্তা চিংনা পরৈবীগন্নু নপারী খোংদোইজরুগে পারী পলেমগী য়াথং ইন্দে। পলেমনা অমুক্তা খোদা পীনবীয়ু পলেমগী য়াথং ইনবা শকচগে। মপারীগী মুংভাইতবা উবদা লৈকাই পাথৌ লেংমামবশিংগা লোয়ননা খোংশাল্লগে লেপলে। পলেম— — —লমদম কদাইবাইদা তরেং শেনজা তাল্লুশি বারেপ-মখিবগে। কে গে মাইগৈ খা থংবা — — মাইখোং পোইরৈ লমদম চাকপী য়াবা কোন খোইয়ুম লাইরৈমা থুমলৈমগী খাম্বী লৈহৌনবা শিংজা পোপতেক লাং পামেন উন্নাই থাবা শিল্লংলুশি বারেপমখি

পোইরৈ লমদমনু পংলাপ লাপতে য়াথং পীনবিয়ুগবা পলেম। পারী খোংদোইনিংলবদি কোইরো কুইদনা খোংদোইজরো পাথো নমান্নবনু ছোনখ্রে হায়রে। অতুগা লাইরা ইরানরাই খোংশানবা রাংলেন্দগী পলেমগী পিবুক খোইজি খাদা লৈবনি, পম্বো ইপামা ভাকপমি খল্লুকো, পলেমগী য়ারা তুংইল্লবদি লাইরা ইরানরাই য়ৌদ্রিভৈদা অরা খুরো খাং-লোইকো। শকমাম লেংমান্নবগা পম্বো পিবন পাবমা নিংভাই শংদানগনু মহৈ লুকপা হৈয়াংগুম নরাই লুক্কা চংলুকো পারী।

পলেম য়াথং কাওজরোই।

—★★★—

# (১৩)

## 'অমম লৈশা তমলমদাই'

ভাইবঙ মালেম অঙানবা খবী শেংকোইরেল অপানবা লৈরা লগুম ভোরা হুই. ম'লদা লীগুম খোই খোইনা ময়ুম খোংনা পাং, মোচুপ চাংরা রাইরক্লে, নেংমদোল খক্তা অপাইবা লৈচিল নোংকাই মরক্তা য়োইমরাই অঙাল মামা য়ৈবদা নোংথো লৈবাক পুন্নসি ভংভাংন-বা মোংজাবীনা শারাশল ভাইবঙ কুচু লোক্লরে। সিগুমলবা মতম অসিদা পাথং শান্নালমগনবনা মশানৌ মমেমমচা পান্মবী হুয়েং কোয়ো মোংদগী খাবুম খরদি শকউরয়োই অমুক্তং পাউমেন্নরমগে পান্নমালুংদা খমা য়াংনা খোংদোই হুল্লকপমা মুজাপী খরাই খোঙ্গাল য়োরক্লে। মবনগী কোনকৈ লানশিল্লকপদা চরৈ ফিশাবগী তেমথেং মখোল ভারকই।

মালেম অতানবনা অমম নৈশা তমশিনৈত্তে চরৈ যিম্নাকশিদা লোইশিনগে পায়মাত্তুংদা খল্লগা মখল নাশবা ইম্নোংশং তল্লা পামেল উখোকতেন, লোইয়ুনিগী মরক্তা খ্বাংফি চরৈ ফিরাক তিংবা নিংঙ্গোল লাকপগী মমোম লোই য়াইদিংকোন্নু পুক্লিং নৈনা ভানবী চেংলো শক্রা তেম্প্রবী, নৈরাং কজেং তনৌবী তমগী খোইমু কয়না মিৎয়েংনফম ওইরিবী তুম্ভানি। খোইমু পায়াম লক্তুগী মরল্না তেংপনা অমতমক হঞ্জ, ইপান থাগী ইনোৎকুম, পাখং মুংশি নৈচকি কোংরৌ নোংমা নেংমগী হাপকৎফক মাপা। মাগী রাখল্না পয়ম মুংদা নিংনা খল, মোইরাং চংলগী অখোই-বী নূরা য়াংদিনা ইরৈ তেমথেং লেংনবদি, তুরা হুং পোঙ্গেংদি হুইদ্রি লিগুম নোং হাইনা নাংদা লিগুম খোই খোইনবদা য়ংরৌ শাজি কুরাং উনশা শনম লাইকেইনা মুং পক্ষিফমদি থেংল, উথাও য়েংপূ কনাইদবীনা পানেং লংওননা শুনা থরাক্লা কেয়ং শৈতে কাবল লেংন উথংও তেমলাং য়েংনা পাই শম্মু ও রম থংবা খুবং মতানা লংলা কংরন কাং লংচাক ওইরম তুন চর তেমলাং খুফু খোইনা শঙ্গিং ফিংগাল লেংগে লেংতুমদে। তুমিদং বাই য়োই-য়াই মাগা শিন্দাম্নদি খমলাউবা তেমথং নৈকাই পামশং লাক্লকই। লংলা থংপা য়াওরবে ই ভাইহাক লেপ্পী নুজানা চরৈ ফিম্নাক অতুপা তাংজ লক্ল হেংলকই। কিশি তমা পুনশিল্লি। পাখং শান্নাসমগনবসু তলপনা খোংকাপ নৌরা খাংতুনা নুজাগী তুংওইরপ দারী ভমনৈ নপাল চুরিদা ভাইহাক লেপলগা শোন-থাংননা বাহৌরকই। তুরা ইনেমমচা ও চরৈ ফিশা তেমথেং তাংনববু মুংশি লংলা তৎলবরা ?

"নৈমা" থংদনা নিংদোম চোংই। য়েংখোরকপদা পাখং শাম্বু উরকই ইকাই মুংশ য়াম্না ইল্লিবা লমথাং ফিজিন হিনবান ফিনা খুমতুনা খোইরুম পোমোন তৌরকই। "ঐদি পায়মাল্লং পাখংনা জুয়েল কোকচউবী কাক্লরে হৌগৎতুনা মনাক্তা নৈরিবা লাইকল ফক অমা উথেকতেন নকয়া ওইরপনা থাই। "খুদা শোমদা নৈতাবীয়ু" পাখং শাম্বা ফিদা থিৎতং চি খোকই। ফমথখি উখোকতেন্দা ভারস্মী।

থাম্মোয়নুংগী বাকমদি বাহৌদোকপদি ভমদা পাখং তাংজ লুক্লা খেংবীনা মালেম লৈমাইদা তক্লা য়েংখি। ভবা হক চাং নাহবা নুংঙাইতবা পাখং মাইথোংবু মুরা য়াইদিংনা উরকই। পায়মা মুংদা থক্লকই। ঐনা খংবদা ইকাই শংগোইনৱা। শেম্বংননা বাহৌরকই। ঙাস কোরৌ নোংজাদা পাখং মাইথোং চেংলৌ মক্লা উজববু লুপাল কোকপু চৌকপ্রা? হেদো নাহে চনৱা। করম্বা অবা খুরৌ ফংবনো? "লুপাল কোকপু চিকচদে, হেদো নাহে চনজদে। নুজা ওইবী নহাক্না শেংনা কাইমগনি খল্লুবদা পাখং পায়মা নুংদবু বাবনানে। করিগুম্বা য়াবা অমতা পাউ-মেনজরমগে। "করি য়াবা লমদাংনা পাটভাকপশি বৈদৌবগে" হায়েং কোরৌ নোংদগী লোইদাম থাবুম অহুম ফাওবদি মুরা নবু উররোই; কে গে মাইগৈ থা পংদা মোইবাং পনবান অথাম্বা রাইাখোং লোইরৈ লমদম চাকপী য়ৱাবোন খোইয়ুম লাইরৈমা য়ুমলৈমগী থুমখোং থনী মৈয়েৌনবা শিংজ্রা লোপাওক লাং পামেল উরাই থাবা শিল্লবা খোংদোইজরুবা তারে। ঐনা হনভাইরকপা মতমদা নুরা ওইবী নহাকপু হাইগুম নরানয়াইদা অমুক হন্না চেংলৌ শবউনবা ফংদ্রা? নহাননেং শারী মখৈ ফং নমুং মতোন লোমনখিবা বাবু খাওকাউবীদ্রা? করম্বা কোবৌদা অমুকতং উনগাগে পায়মানুংদা খনজরিবনি লইজ ঈচেলো তংলগী লামগী তুরেম্না মপাম লোইবী চৌংদগী লেবনুংগী লঈজ ভাইগুম মুংশি নপাউ ভাইজরিবী ননাওনি। করিগুম্বা রাংলেন্দা পায়মা নুংগী য়াবা কাংথোক্লা মুংশি বারি শিংবুন্দনা লমফাংলবা তাইবংদা পুক্লিগী চৈংবু ওইনা শরুক য়াজনিংজবী পাম্রেপতম্লিগী ননাওনি। পাম্মু নওংলাগীদনক নিংভোল শকমাই লৈখ্রোই। অমম অঙাল নোংদম নোংখাইরিবা লোয়যুব মানা থংদনু। নিংভোলগী পায়মা পুক্লিংনা অতু য়োনা লেপ্পীরবদি হিদেন থৈনা তাবীরমগনু. পানা লম-লাম্না চাবীরমগনু। পাখং ঐনা হৈরানয়ইদা হনবাইরক্লগা অপাম কদা থুংনা পুক্লিগী খৈয়োম লৈপুন ওইনশিকো। লাইবক থীবী ননাওনি পায়মানুংদা নিংশিং পমৈনবা মুজগী পরৈ খুদোপ পাম্মু

নংগীদমক্তা শেমজবা শীঙেল লৈরবাং নাচোম শি নিংথৌরমক্সি ঙাযনা নিংবীযু লৈবাং নাচোম অসিনা খুইথবকদি হেন্দা নংগী লুচুং খোঙ-বাকশা লৈবাং ফক্তা ওঙাং খংবীযু কবিগুরুবা শীংলল লৈবা অসিনা লৈবাং মবাক চাম মুথা বংশিন্দ্রক্ন্দি খংনুং শাব্র ঙান অমম থারৈ কুম-ংবে দুংগি নংনা খংবীযু। নুজা হকচাং পোক্লাংনা হবনযাদ দৈঃ হৌ-রবস্থ যাগনী বন থবাংইদি মাঞ্জা নাক্তা লেংবনা ভুংইনজবি পাখং নংনা খংবীযু। পরৈ গুন্দাপ শীঙেল লৈবাং নাচোম পাখং খুত্তা শিন্নবা, হুবা মীংন্না ভনী মীকোই থম্বাল মানবা অনিদা তবং লাইজ ই হীবক মাইখোং চবৈ ফিজিনা খুমতুনা নুজা কপলক্রে "হবা ইনেমচ ও পাযমা নুংদা কবিনুগী নু হিক্র মিকপ্পনো। পান্থৌ খংদবা খংলক্রগনি, পালেম ভাদবা তাবক্লগনি শানৌ নংবু কপলগনুদা, নিংঙোন্স নংমা তম-লকপা শীঙেল লৈবাং নাচোম নুজা ওইবী নহাক্কী যাইবীরেল থবাইমক্কি খমা বংলন মীকুপ অমা ফাওবা কাউজবোই। লৈবাং মাবু হেংজনগা পাখং পাযমানুংগী লৈচাক হংজগে। নিংঙলগী ফিশা লম্বাঙা লৈবিবা খুংশু থা লেন অপিশা অহু লৌরগা পাখং যাবেল থাচিক্রা শবী পন্দেম লোমশকই। কেংবৌ নোংমদোম্না যং মংলেন লৈনা খংশমু শাবীশো। পাযমানুংগী নুংঙানবা মাব্রা নথা শংথবীবগনু। পাং পযমা নুংনা পান্নপত্রবনিনা থো দোহৈবীক্লবো! পাম্মবা নহক্কীদক ভুরৈ ইব চেন্দনবা হবুধৌ চৌঙচুর খুযা খাদা যাইক হৌনি পরৈ লিজবমগে। পাখং ওইবা লৈহাক্রা নুজা ওইবীবু হেন্দা নাহে চেন্দনবা খোইযুম লাই-বৈমা ইহাবু পাযমানুংদা থা যান্না যইক থৌনি পরৈ লিজগে!!

—* * *

# ( ১৪ )

## ' খোঙশাম্লকপা '

তাইবঙ অচা অসি নোংদম নোংখাইবা চৌঙন্দ্ শরুক্ক লুতো হৰন' লাইবক খেল্লাই ইন্না শজিক লানৌ তম থবা নোংখাইরে অযম অঙাংল শিন্না থোগাই লেপ্পুরিবা কোরৌ মালেম ভাঙানবা থবী শেন কোইরেন অপানবনা কৌশা চীংলেম নোংগা তম. ইনুং মানা ভাম্লকরাই পোংশেন হেনগী মমানা শংলৌ মথেল লাংদুনা তরা রাংন্থোংবা লোইরবনা ফুংগাই মকা লাম্মনা মপারী শাংখাগা তরা চিন্দম্মিনরে। মপারীনা য়াদৌ নমশাং চৎপদা অরাম খোক্লালৰবা রাংলেন্দা চানহা তরা চকশাই লানা চাকয়োম অসু লংখ্মীরে। মপারীনা পুনবা পোৎলম পুম্মক চৈরে ফিনা ঘোমশনবীরে। শাম্নানা চৈরে নথো খাউ ওয়া শম্মু নমদা পোদুনা পানন্দ কধাবীবু পুনেমৈগে। "পলেম নপারী খোংদোইজরগে। ' পাক্লী খোইনম লাইনিংখো ইবুধৌ থংজরু পাম্মাঙ্গদা খাগোন্না পাম্বৈ চেংনা নিংনা খোংকাপনৌরা খাংজুকো। পলেমনা মাংদা পন্থৌ ইপানা তুদা ভাকনা খোংদে ইরিধান য়াব্র অকাউ-নফরোংদো। কোরৌ মালেম অভানবনা অমম লৈশা তম্প্রিভৈ লমথুংফমদা রু ইথংজো-ও পারী। শমান লেংমম্মবগা শয়েং থৈনা পাখোম ওান্না পন্থৌ পিবন পাধন্না নিংঙাহ শদাইনগমু পারী য়াবা করাম চাউনা মীরক মীখমনগনুকো থকী থাগী য়েংনা চংলুকো পারী। পলেম য়াথং কাওজরোই অপোকপী। মপারী লুরেন্স থক্সা শম্মু খুংনা শমলাং তোনগা নাম্নীরে লুপাল কোকপু চিক্কবা হেদো নাহে চনশমুকো পারী।

" পালেম "

মমাগা পুকমেন শাউন্নেপ্লরমগা, শাম্বা-নহা মথুম মোংবা অরানমাইবু তুংওইন্নরমগা শিন্নংবা চৎলে। মদুগী শরীক কোঞ্জিন য়ৌরকপদা খোইরাং পাংথং চকপী উচান থাংবা লাকপ ল্লগা থেং-ঙরে। মথোয় অহুম ৱারী শান্নদুনা লাকপনা পুশ্রী উং য়ৌশিন্নক্লু-না মাপী মাগী অয়াউবা হৈরাং লৈরাং কংতুনা খোইমোম লাইরেম্বু থুরুমতুনা ওাইহংক অবা পেংথখি।

থোম্বা— মকুপ চা পুম্নাক হৈবা লৈরাং ফংরীরে ঐগীদি চুক্নী ওইনা ফংজরগে খোঙ্গল ফামনবা চু অতু চিক্লা চিক্লা খুদং শৈশক লংম্না

"হায়যু লৈবাং নিংথিবী
শীতেল লৈনম মুংসিবী-ও
শাংলিবা মনাগী মচু
কুচু কুমেন কায়দনা
শীতেল লৈশাং তমলিবী
লৈবাং নংবু নুংশিজৈ
মমাম্বী শীতেল লৈরাংশিংদি
মনাগী মচু লোৎদনা
চৌনা ওাংনা লৈশাং তমলিএ,
মপুগী থুংশেম অসিদা
নুংগী নিংবা থুংদবা
হায়যু লৈবাং নিংথিবী-ও
করি লাংওন ওইবগো ?
চৈউড় খোইমুপ শীদবা
কায়না মশম ফানা পুনবা
লাইনিং পৈর চেৎপগী
থুংঙু মতোন অহুম ফাংবগুন
লেরাং লৈবী তমলিগী

# ( ১৫ )

## ' ব্রাইখোং খুম্লাকপগী মুম '

খোংকাপ মাউরৈ তাম্লকপনা মরম লৈদম লমনুংশি চাকপী য়ারাকোন ব্রাইখোং পোইরৈ ম্রমদম ম্লৌরক্লে। খুম্লাকপা মরাল য়াইদা শাম্বানহা ব্রাইখুংলম্মী।

খুম্লাকপা— পারী নংবু লমদম কদাইব্রাইদনীনো ঃ পাউহংলকই

শাম্বা— পন্থৌ ভাইবা-ও ইবুম কে পে মোইরাংবনীনি।

খুম্লাকপা লমদম তান্না খোঙাদাইরকইদা শম্মু নংদগী মম্বো অদু থারগা খুদাসিদা অব্রা শরুক হন্দোকশি।

শাম্বা ফিদা খিৎতং চিংখোক্লগা নম্বো অদু থারগা ফমখরম্মী।

খুম্লাকপা— মীথুম লান্না খোংদোইরকপবু ইপাগী পুনবুক অসিদা লাকপ্রা।

শাম্বা— পন্থৌ ভাইবা-ও তরেৎ শেঙ্গা তানজাগে হায়না শিলংবা লাকচবনি।

খুম্লাকপা— পারী চেংলৌ য়েংলপা চীঙ্গোই য়াব্রা তারগা পায়মা পিবুক মুংদা নিঙমদবা মৈরি হৌরকই। পলেম পন্থৌগী কোলোইদি করি হায়না মখংনৈ।

শাম্বা— পন্থৌ ভাইবা-ও ঐবু পে কপী পলেমগী কোলোইনা পোংলেনহন্না মিংথৈনৈ. পনখৌদি থমমুং শব্রা তান অমম শিগুম চমম্লে। মোইরাং লাললোই ফমনাইবা পুরৈরোম্বা কোলোই মিংথৈনৈ পাউতাকপী।

খুম্লাকপা— পারী নবু পাখো পুরৈরোম্বগী মপারী ইচল পোংলেন-হনবীনা পোপপা।

শাম্বা— পনখৌ।

ইচা ব'ংলেন তাইহাক থুনপুক অসিদা য়াঙ্গোইক্লখিগে খুজাশিংগা শকথং মাইথংনহনগে পায়ী ইচাগা ।

—* * *—

## (১৬)

## ' থমনুং কোম '

" থুমনুং থোংঙারেন " অচং অসি মোংদম নোংখাইবা থোইয়ুম লাইন্নিংথৌনা পায়মান্নুংদা থল্লকই । নহানোং অতাই তাইবঙ (মালংপাল) নোংশাপাল তাইনা পুঙলেনয়াই মালেম নৈকোয় পুঙয়োলদা যোমহু তাল্লোই মুংজানবী ইশানৌ লাইরেম্বী ইমুরৈমদা তাইবঙ চাদা ওইনা শ কোংলুয়গে শায়োল লাংওলমদাই বাংলেন্দা থমলৈ মীচুংকোন সনা পুঙলেনয়াইদা নৈরাং নৈশাং তমলিবা শীতেল নৈরাং কোন্নীরৈদা শরী রাশক তেমশিংনা য়াম্বা পলেপনরম্বা এলাহৌৈৈদা নৈরাং তৌনা নৈশাং তমজরমদদো হৌজিক্তি শীতেল নৈচু ওল্লে, নৈরাং নৈবাং চম্না নৈচু মুনা তন্লক্লে । অমরোমদা তাইবঙ থোঙঙ্গুমলমদাই মতমদা ইশানৌ ইমু'রৈমদা কোন্নীরৈ নৈচা শেংনা থাইনা খুং'শম্নখিবা কে গে তাংতোই পুঙময়োন লাইশোই পাংকো মরমদম মপুগী তাইবঙ কৈকোল মালেমদা নৈশা হোংনা থাখিবা অচাউ শারেপ তানফংনা কুমমোন লাংশিং কয়া শিম্না নৈরাং নৈচু কায়দনা তৌনা নৈশাং তমলকই । হৌজিক্তি শী-তেল নৈচু মুনা নৈশাং তমাখ্রে, লাইরেম্বী ইমুরৈমগী মমু মীওইপো'ক্কী তাইবঙ লম্দাং লোমলবোটা তেংমাই য়ুমলেপ তমজিতৈ অপাম কাদা যাইখুংথিতৈ মালেম তাইবঙকোন্নগী লৌখংলগে ।

মচাইরেম থমথুং থোপুবা মনিদা মালেম তাইবঙকোন্নগী নৌরুনবা শিয়া শরম শিগরম্মী ।

"ইদাইরেম মখোই অনিনা শিম্বা অমা পাংখোকলু"

থৌবুবা— "লাইয়িংথৌ করম্বা শিম্বা পাংখোকচৌ ননাইদা চীঙ্গোই য়াবা পাউত্তাকপিশি"

খোংজারেল— "লোইবী চীংলোন মাপলনা পনকাইরিবা লাইয়িংথৌ লাইরৈমা শালাইরেন কয়াবা থম্বাল লৈম্বিক ময়োলগুম শাওন লাংগেল ওইরিবা তাইবঙ্গগী নৈতা শঙ্গোকচন ফুঙ্গোই য়াঙ্গোই য়াখয়োই ৭ উমংলাই ৯ না হয়া হয়ুম শৈশা পাউদম থারিবা। কে গে ভংডাইপূত চীঙকু থংজীং কোইরোইনা কোনথা লমদম য়া পুবম চীং তাওথোং মাগী খুশিল কোংলনহনবা পূজা নিংডাক্রাকপগী মমোম য়াইদকোম্বু নুজবু তাইবঙ মপুযাইদগী অশি কোঙ্গোই লুপনা থমগুং পুঙপা পুবঙ্কলবা য়াদে। অমনা খৌরি কো দাই য়াই ওইবী পায়ম্বু অমমা থেংগু যাইওইবা পূংনা।
অম্না থৌদাবরদা মদাইরেম অমনা।
"লাইয়িংথৌগী য়াবা পাউত্তাকপীবা মখুংইগী ননাই নিম্বু কাইজরোই।

থৌ পূবা মদাইরেম অম্বিনা ৱায়েল মপু লাইয়িংথৌবু পুংশিন্নগা মথং লুংশিত্তা খোংনেং ওইনা লৈচিল মাগা ইরোইনা তাইবঙ মালেম কে গে কংলৈ পুঙময়োল পাংলকলে !!

—★ ★ ★—

# (১৭)

## 'খাম্বা মৈরী ৱাইরকপা'

লৈমু শেন্তাম্না লৈহৌ শেংঙোইমরক্লে। শজিক লানৌ তম থম্বা নেংথাইরক্লে। ইনুংবা ম্নারেক নুবা ম্নারা (উচেক) মাগু য়াকাইরে, ম্নাহৌ ওনবী য়াকৈবা কাইরৈ চানা ইনুংবা তানপদোরে হায়না কে কো কে হায়না পাউজেল পাউতাকলক্লে। কাইরৈ য়েনখো তাবদা নুরা য়াইদিংকোনু খোমলেন তুমখুল তাম্লবদগী মিকপ থোক্না হৌগৎলম্মী। শোরা চৌগী চীদোন্দা অঙাননা থজিক লিথংলকপবু উরপা খুবাং চাংজো লোম্না লুরেল নুরা পুনেমলকই।

"ওসি ইনুংগী খোমজেন মংলানচান্দ অসিবু করবা খুদম চাংদন ওইরবনো। ফিমু শেৎপা তম্বা চা অনিনা খুজেং নাম্বা নাম্বা পায়রগা চংজো নাইদ্রবা পাক্লবা ঈথম লাঈজ ঈপাক অমগী মপান্দা পুরকরম্মী। পনেপফম থংদ্রবা অরাম্নদগী ম্নাৱা খোন্থুং-না য়াইদিং হায়না পাম্মবা যহাক্না কৌরকপমী। তোনা তাম্না খুম্বদি ওালংদে পাকলবা লাহজ ঈরোম্নগী ইপেমলক্তা ম্নাৱা খোজেলদুম 'তনখিরম্মী। করিথোকলগবা খোমলেন মংলানচা-ন্দগা গুংঙাইরমদবনে। চেক্লা মুবী চানা অরাক তম্না লৈশিন লৈশিম্না খোংলিবা ওসি কোম্বা অসিদা তৌরিবা অসিবু করিনো। পাম্মবা নংখু করি তৌরবগে তৌরাং ফক্তা ওন. অয়্যো নাহে চরবা "ইপুধৌ থংজৌং" কোইরেম্নাই ননাইগী মালানচান্দ অসিবু করবা নোংদমখোনবু ওইরবনো ফত্তবা হাওদিবা পুম্বা চীঙঙ নংনা তাকথোকপীযু। হায়মা চীঙঙ মপাই ওম্না লুরেল লুক্না পুনেমলম্মী।

কোরৌ মালেম অঙালনা চরাইরকপা মঙ্গনি চৈং খি হৌনবা তরা চাকসেং মক্কি মংগোলদুবু কৌনঙ্গীদগী মথং পুক্নি মপান্নগী খিঙ্খৌ শেংপম মখোংদা হুরা মাইদিংনা লেপলরে। শেংগম পোল্লাংখ্রাঙ্গা মক্কি লংগোনশিংদু মথং মথং শিন্দকনে। নোইনিং ফৌদি চোইনবা উখাও শুক্রা মক্কি লংগোন্নংদা লোন-শিল্লে তাইবঙ পাউজেল পুবী মুবং চেক্লা চামা অরাক্ক তমনা খে-মতুংগা কোইপাই পাইবগা শেংঙম লীবা মতোন্দা তোংই। কম্মুক্সু পাঙ্খোক্কি। " তইব, পাউজেল পুবী চেক্লা মুবীচাংও নংনা নখৌ পোংনা অরাক তম্না খোংবতু কোরৌশিংকুম কয়া উখিদ্রবা পান্নুবা মহাক্কপু কৈদোরিবগে। অবা থুরৌ থাংবা পাখং মাঈদঙ্ক চরৈ মমখাং পাজগে লেপচবা মক্কি লংগোনশিং অসি খোংলগা পায়খা ঐনা তথকই। মালংবা তাউবঙম ইচোই চোই। পুকনিং অসে তম্নাং তশোইরকই। হক্কচাং কম্লাং পুবা তুরৈ কদম মপালে শাই। অরেম্বা লৈতনা চোংলি। পাইখো চেক্লা মুবী নংনা খোং-বা তারগা পায়মা ঐগী মিপাইরে। লৈতুম মচা অমা কৌবগা কককা থাই। স্বাসমহে লৈশিন লৈশিন্না পাইরি। নুজা পাম্নবা মুংনা শুকী নাকল অমসমদা পাম্নবগা চরৈ সংলা তিনবা কং-থরক্কপা ব্রাংলেন্দ খমমুংগী পুবা অমিনা তাইবঙ পাউজেনচা চেক্লা মুবা ওইনা (শাম্নওনুনা) শাইওরদুনা শেগন থকী লীবা মতোন মতোন্দা তোংলদুনা শাক্কু কম্না নমথরকলম্মী। শেংঙম লীবা তেক্কুনা থুংপাই চেংনা পাইরিবা শুক্রা নুজা থমোই লকান্দা মৈবঙ্গা মালেম নৈখাইথঙ্গা নুজা লোনা মাংহৈপ তানখ্রে। থমনং খোপুবা অনিনা য়াইদিং থবাই খীরাংপান অশি কোঙ্গোই হক্কু-না তাইবঙ শিগুম লৰী কোরৌ নম্বলোন পাংলক্লে।

তাইবঙ খোঙাই পুরিবা অঙনবসু নোংচুপ চীন্না পাংলক্লে। তোম্বুও নুংশিং নামিবা শিরি খোংদোই হুমলক্লে মালং মানা হুমদা মালেম তাইবঙ কমবাক্লা ফৌরিবা নাপী শিথীনা ইথকী

জগোই শারক্লে। ভলা পামেল উরুম লং চীংয়া নরল বাইরক্লে। চাক্লোকবা লমগী চেক্লাশিং ম্যারেককম উজাও উয়েম থীরক্লে কাওখেন শনবী শনাওশু মথুম যুমদাল্লক্লে। মপূ কংলা খোকাকবগী খোংগুমলক-পা লোইজা নিংঙোল্লাকপা অশুম্না ময়ামযাই যেংলমাইদা মুবা চেক্লা চাশিংনা কবাক কয়া খোংবা য়াবা খোঞ্জেল তাবদা পায়মা হুদা হুনাংই।

"মপু কংলা শংলেমযাইদা লৈরিবৈদগী মীকৌ নিংথৈ শায়ং পামোম অহং অথম লৈতনা চোংবা লেপকরি। তবা ইন্নুংগী খোয়েন মংলানখান্দগা কুপ্তাইরমদবনে চেক্লা মুবা চাশিংনা অবাক কয়া খোংনে করম্না নোংদমখোনবু ওইবনমো ইমিগী অসিবু। পাযমা তুংনাংনা হবই খোঙ্গাল লানশিংকই। মমোম য়াইদিংকোল্লবু খোরকই। ইমোম য়াইদিং: ইমোম য়াইদিং। মমোমগী য়াবা খোঞ্জেল তাদবদা ইমুদ-চংথি; মমোম লৈতবা উবদা অবাবা খোম্থংনা অমুক্তা কৌরম্মী। "ইমোম য়াইদিং" বাংলেন তাজা অসিদা কোরি কৈথেল খোকাকবগী খোংগুমলকপী মোমন্নুতোঙ্গীনা মমোম য়াইদিং কৌদুনু তারম্মী। বৈ-দোরবগে নমোম কৌববু। পাউইংলম্মী।

"ঐসু ফনা মকুইরে ইমোম শংলেন হুংদমু লৈর দে মত্তারই কনাগীদা খোংদোইখিবনো অতুক কৌ ঐগী পাযমা তুংলংই। "ইমাগী ইমোম য়াইদিং পান্থৌ পা-মা কৌরিএ তারবাদ অমুক্তা লাকউগনা। পালেম পোকমাবীনা মমোম য়াইদিং মিকৌবদু মশা লাংলেম্মা ভাবদুনা খোংকাপ নাওরৈ হুম্না খোংদোইরকপা উবদা 'ইমোম লালেন নঙা-রোই য়াইদিংবু খোংদোইরকপ্রা।

"পলেম অযুক য়েন্দা অউনবদদি চরৈ ফি হৈব সবু কাবৌ নুমিৎপু ফবা পাউইংলম্মী। চৌজিক্কি খোং দারক্কে অতুদি কৌর লমদা খোংদে ইরমগনি ইরিন পন চোংথ্রবরা? ইমোম নখোইদি থং-লিগনি তুংগা কনাগা হায়। শংনা কৈবগে থুপচানগন্নু। খে ইনৌ য়াই-দিংগা পল্লেপনখিবা ওম্বা চা পাথং অমদি লৈ পাথং শাদি লায়রা

মদোম অদুনা মামাংগী লেইদাম থজদা ব্রাইথোং লমদম চাকপী য়াবা-কোন খোইয়ুম লাইরেম্বী থুমলৈমগী মশাইকে মা শিল্লংবা থোংদোইথি. পাথং মানা হলব্রাইরক্কদৌবস্তু কোরৌ শিংবুম থরা ব্রাংলি হায় ইত্তানা।

পালেম পম্মৌ অনিমক পায়মা নুংহিক্না থোজেল থোকনা কপলক্ল। মকম কনাইকাইদা লৈরমগদৌবনো হায়দনা ইজ্বোল চাউ-গোমনুংদা কোইনা লৈদনা য়েংলকপদা মবনগী থারম পাংবা পুখ্রি মপাল ফিবৌ শেংগম পোল্লাংথোক য়াইদা মালেম লৈতেংগাই মথক্তা মমোম য়াইদিংকোনুনা অভৌবা লোংনা য়াহিপ তম লাইরেন শাংনা য়াম্ববগুম লুচুং তারকপা মুবা শম্মাংনা মালেম ফম্বাক্তা শারা শল. পামেল উথাও শুক্না থম্মোই থজিন্দা থোল থক্তা মকি লংগোমা চোইজাইননা মমোম্না লৈরম্বা মচৌবু মিংচারুরে ( মিংয়োংমুরে ) পালেম মমা পোকমাবৌদি মিশাইনা থংনা মালেম লৈমাইথক্তা তুখ্রে। লাঈজ ঈদা তুম্বা ঈমু খোন্নাক্নাগুম থবাই নিংহনকই। উনবী পুকনিং শিংলক্ল মোনু নুংশি মপাও হিক্ল পাউমল্লকয়ে।

" ইমাগী হয়েম কবেম্মা পুকনি, লৈনা তানবী লেংলৌ শাক্কই হেনবী কাক্লং কেংং তনৌবী হয়াই লীককুম লমচানবী নাদি পাম্বৌ কইনা বাবু তাক্লনদা পালেন থাহনা বাবু হায়রমদ নয়ুম মোংদ নরানয়াক্ই ইন্দানবিরগুম লমদম কৈদা চংলবনো। কাংথোন ২ ইর পারনথক হেরা মেলাং চাইথংনা থোদলেন তুমখুল তানবদা হিপ্না যাদে হায়ব-দাই ভদি কোরৌদা ইমোম্না মুরা শম্মাং চোইজাইনা মদন পুখ্রি মপাল ফিবৌ নৌব্রা থানা অচৌবা লোনা য়াহিপ তম লাইরেন শাংনা য়াম্ভা-বগুম. পামেল শাহি উত্নপ তাবগুম মালেম লৈমাইথক্তা ইমোমনা য় তারম্বশিদ পালেন্নু কান্নি ওরসিগে চৈরেহল। পালে গী ২ জা থোন ফম শাবনা ইমোমনা হাম্না কৌবদাই ভসি কোরৌদি কৈদৌর পলেমনা কোবি কৈথেদগী শীতেল নাচোম লৈরকই। নথোইনৌ লাংলেনস্তু নক্তা লৈরে, লৈরং মাচোন থেংমিমরো ইমাগী কোন্ন হৌগংলো। মমোম য়াইদিংবু থাগোমনা কোম্রগা শমলাং তোংগা নাল কৈম্না তান্দা পম্না

হিক্রা হিক্রা কপক্লে। মবন পাম্বৌ পোকমাবনা মমেম্মা হৈংবম্লিবা মতৌ অতু উবগা পায়মা খোইথিংনা থবাক থৃত্নম যৈনা মিংসনা তুরং ঈরা চেল থন্নুং নোংলেন খোংবত্তম মমেমবু কৌরগা তেংথংবকই।

'লৌইবী চৌংদা হৌবা লৈ, চীংশাং নাপাম ভান্ন লৈ শতু চিংমাই হৈন্ন-লৈ মাদং ইনথাং থাংভমদবা-লৈ, ইভা কুমদম-লৈ ইভেন কুমথাই-লৈ লোইদাম থাজ মিংলোইনবী শীভেল কোম্লাই ইতালৈ লৈরাং নৌমা কেনবগুম ইমোম নংম্নু নৌনা অমম শিগুম চক্লবোই। ইমোম লাংলেন নংম্ভ কপলিত্রা। মখোইনৌ য়াইদিংসে খোম্লেন তুমথুন তান্নী-বনি অমুক্তা হৌদকউ মপা ঐন্না কৌবদি থুবম্নে।

" খোম্লনৌ ইভা চান্নবী পলেম পম্বৌ অন্নিনা খুংলাম তোইনা কৌবশিবু তাদ্রবরনে যাইদিং খোইনৌ নংগীদমক্তা পলেমনা শীভেল না-চোম লৈরক্লে অমুক্তা য়েংভ্র হৌগৎল্লনে খোইনৌ। তাইবভ অস্নক চ উবদা পলেমগী কনা লৈতেদো নিংভোল নদোম পোকপনি। ইমোমগী পুন্সি মুংশাংনবা কোরৌ নোংমাইজিং খুদিংগী খোইয়ুম খুয়া থাদা লৈরাং অনৌবা কৎ হৈরাং অনৌবা ভম চাউভ্র মাবু থাগোম্নবদি, ইমোমগী পুন্সি তোম্লোইবা খৌনিজবগুম খোক্লবোইদো ইমাগী ইমোম ইবেম্মা, থমন্নুং কিকোই লৌওনবীনা পলেম নমাবু শারদনা চান্দবা পেম্লেল হৈ তাউজিং খুৎমা পাম্ন খুংলাম তোইনা কৌতুনা মোইথেমবতু ইমোম নংবু য়াক্লপন্নকো য়াইদিং।

" অমুক কম্মা অমুক নোকপা তাইবভ মাদং পান্নবগী পথাপনি। অরা নুংভাই খোংলোইননা চংথিগদৌবা নমু তাইবভ ভাক্কনি। অতুবু ইমোম যাইদিং পম্বৌদি পাযমান্নুংদা নিংউমদবা মৈন্নীনা মবা লাচা চাক-হৌইদা ইমোমগা পরী বাশক পম্লেপমথিবা তম্বা চা অমা লৈ হায়বিব-শিবু শোইদ্রবনিকো লাংলেনহল। লাংলেনদা ওনশিন্দনা পাউহংলম্মী।

অচুম্বনি পম্বৌ বাইখোং পোইরৈ লমদম চাকপী য়াবাকোন্দগী তম্বা মামা হলবইক্লকলগা পাৎং মবানয়াইদা পুন্সিগী খৈয়োম লৈপুন ওইনা তাইবভ যুম লেপনশি পললেপনথি হায় খোইনৌ ইভানা॥

"পাখং কোল্লেই যিংলেম্নি"
'শাম্বা নহা লমগানবা"

মযন পখৌ নিংঙোল্লাকপমা ন্নিংথৌ যুইবা চিম্লাই ভাংবা লৈথাক মাইথা থুরাই তাংবা মাইবা লুপক্তিন কৌনা মযোমগী অনা থরাই লাইকমনবা হোৎনরকপনি থৌজু মুংদা লাঈজ থিকলেন চাইথগুম্না ফথা কৌবা লৈত-রে মযোমগী পোম্বী থরাইচা মীরেল মাবু থোবাম্বদা থরাই পোৎলিংমা মীরেল হাযকোইনরে।

থযমুং লাংওনবা শারা পনকেনবা,
অমম শিগুম শিংথাইরে
চীওঙ্ কন্নম্বা থোইয়ুম নোংদমথোন
মথৌ থাবু ওইরবনো কল্লকই।

অমাই হনবনা অওম্বা মকাদা মপাউ ভমলক্লে "ইযোমদি মিংতৌলশিং-দা চনবা মাম্নি ইযোমগা মুংশি থৈয়োম লৈপুমশি শারী রাশক তেম্মং শিংনবা ওম্বা চা অমা লৈ। পাখং মাবু কৌরুমবা হাইখোং পোইরৈ লমদমদা ওম্বা চা অনিখং য়াঙ্গোই শগোল তোংছনা থারগে। হায়না লৈথাক মীয়াযদা ফোংদোকলম্মী নমু মীয়াম পুমমকম্ শাম্বা মাবু ওাইনখি।



## ( ১৮ )

### 'ব্রাইথোং লমদম'

অযুক্কী হেন্না চাকওল চাতুনা লোইবী চৌংমাই নাপোকপা কৌরো অঙানবনা অয়েনা অঙাল মৈশা লাংলুবা পামেল উরাই থা শিংজং য়াত্তোই চল্লুবা পাখং শান্নালমগানবা অঙাংলনা অমম কন্সা তম্নকপা য়ারেকফমদা য়েৎরক্লে। খুন্নকপী মমানা তরা বানথেংহুনা হনদা তরা চাকপু চারে। বোরৌ শিংংম কয়ানি শরউহিজদ পালেম মসাবু নিং-শিংজৈ। পন্নেপফম অংদ্রবা পায়মা পুক্নিংনা তমুকস্ন মশানৌ মনেম মচা নুরা য়াইদিংবু নিংশিংনা ইন্নুং য়ারেক তমখি। ইন্নুংয়াংগী মতমনে, তাম্নবা লোইবী চৌংনুংগী হরি মুনং, কৌজেং হারোগী খোম্বাং য়েনা, পামেল উকৈ থক্তা কাইদোংলিবা য়ুবক পুবা চেক্লা চানা থঙহোদনা খোঙলকপা খোম্হং, লাঈজ লোকনুংগী তাংথক নাইরবা ইহুল লিরি হুমং লকপা মালং খোংকাপ য়াংবনা লৈনা চাইনা শিংলি। মনা পুংলবা উপাল ব্রাপালদা মালং মানা য়েবদা মাইকৈ পুম্বা নিল্লি। মহোশা খোইপোম ল ইরেম্বীগী নাওশুম শৈহেক অতুদা নিঙাইদনা তুমখুল তাল্লি। তাইবঙ মাংলমদা ব্রাইরা শামিং য়াল্লিবী খোইয়ুম লাইরৈমনা লমদম তাম্না লৈথ্রগী মুরা য়াইদিংগী চেংলৌ শক্তমবু লৌনা খোমলেন তুমখুল তাল্লিবা শাম্বগী মংলানচাম্পা য়াইদিং কোন্নুনা পাংংগী মাংদা লেপতুনা খোয়েন মংখৈবরে। " ইশাবী ইবুংঙো মুংশিবা থংকেন মাঙ্গা পাম্মবা হন্দক লাংওলশিদদি মুংশি কাদা (মার) খোংঙুল লীবাইরকপা পাম্ম নংবু ওমমদরে, মনাওগী পরৈ খুদোপ পাংংগী খুংনিংথৌদা শিরিবা মনাওমকনি লিংবিয়ু। মোমন্নু লাইবক থৌবিদি খোইয়ুমবনা অমম শিগুম চৈথারে তাইবঙ বাংমদা খোংগুমে থরা কুইথরবদি মপূগী চৈরাপ ফংগনি পাম্মবা। হায়রমলগা য়াইদিং চিকমাং মাংখিরম্মী। মশাবী মনেমমচা

সুরা য়াইদিং মিংগোৌরকপগা লোয়ননা খোয়েন মিরপ থোক্লমা তাইবগু মংফাওনরক্রে ।

খুম্রাকপা মপানা তায়দুনা "পাম্নি নংবু কৈদৌরবগে ? পাউহংলকই ।

" পম্বৌ খোয়েন মংলানচান্দগী য়াবা খল্লুবদা পায়মা ইংথবা ভমদরে । হৌজিকমক ইয়ুম কে গে মোইরাংদা খোংশাল্লগে হায়ন্মী ।

" মপারীনা খোংদোইনিংলবসু ইন্নুং শোরা তৈনা ভান্নগা মচংন্দ ইনুংয়াই তাংলৌ থেংলব' অসিদা নদোম খোংদোইহনিংদে । খুম্ল কপা শাম্বা-মপা মচাম্না ভাংনবা য়াব্রা খোনফম তাবদা খুম্লাকপীনা হায়রকই । পারী নপা নচানা ভাংনরিবা অদুবু করিগীনো হংলম্মী খুম্লাকপীনা ।

" পারী নচাসে ময়ুম মোইরাং মাইগৈদা খোঙদোইরগে হায়রি । খোংদোইখিগনু খাবলিবনি ময়ুম মোংবা মরানয়াইদা লৈরিবী পলেমহুবু করি হৌরবনো তুরৈ ইরৈ চেনবা হুইদ্রি পান্দম লাকউ চেংবা খুংলৌ অতুক য়েংগ, লাইগী লাইপাউ তাশি খুম্লাকপী ।

খুম্রাকপীনা হুইদ্রি পান্দম লাক চেংবা খুংলৌ য়েংবদা লাইপাউ অহুম্না পিরকই । পাম্নী অপোকপী পলেম পোকমাবীদি অবা খুরৌ খাংদে হেদো চন্দে । কে গে মোইরাংগী খুনয়াই লমদা ওইবদি উই সুরা মথোক কারকপী চনু নিংভোল অমদি খমনুং শাবা তান, অমম থরৈ কুম অশি খাঙনফমদা চংবী লরাক অমনা মাইথ থা লফু মতুপ অমনা মোয়াং ওই সুরা লোংনা য়াহিপ তম চরৈ ফিভৌনা কুপনা অমাইবা অমাইবীনা অনা শিংথোং লাইমনবদা খুং থারদুনা লৈবা অমদি উইদা অইত থোইদোকপদি উদে পারী ।

" পলেম হৌজিকমক খোংশান্দবা য়াদরে ঐগী পায়মনুংশি য়াম্না চিংনরে মপারী শাম্ববু খাম্বা য়ারম্লোইদবা উরদুনা খুম্লাকপা খুম্লাকপী অনিনা মপারীনা তানজবা তরেৎ শেঙ্গা অহু চরৈফিনা য়োমশিনবীরগা শাম্বদা পীরম্মী ।

"খুম্রাকপী উচাল মৈরা চমলকউ নপারীনা পুথিনবা ঐখু

থুন্দোল ফাওবা থীনবীরুগে। পদেম শকপী নপারীনা করিগা লমন শিংশিবনো হল্লক্কী মপোক লাংওলশিমগী পলেমগী লমন তোল্লবনি। নপারী অতুক খোংদোইজরুগে। শাম্বা মরু লুক্কা পুনেমলম্মী।

"পারী শাম্বা পয়মনুংদা অতুগুম্বা য়াবা খল্লুগন্নু য়াংদৌ লমশাং খোংদোইবদা অরা খুরৌ থাংদনা নরালয়াইদা থুজবা খোইয়ুন ম'না কুবীশন্নু। শাম্বগী লুরেল কে'কপু নামবীখি মপারীনা চংখিবা মাই-কৈবু চিংনা য়েংতুনা লৈহৌই। ইনুংয়াই অতুদা মপারী শম্বাবু খিল্লকপনা মাইখোম থুনদোল লে মক্রে।

"পম্বৌ খুল্লাকপা-ও; ইমুং মিংশেং খাংবা মথৈ নপারীবু খিন-বীরকপা য়াংদৌ লনশাং শাংলক্রে। অরা হকচোং লাংলগনি, পম্বৌ লৈবীহৌরো।

পারী নংবু থনমতুনা ইপানা করম খোংকাপ লাওরৈ থাংসিবনো নদোম তরক খোংবু কনা য়াওদনা শাংলবা লমশাং অসিদা খোংদোই-বদা পায়মা নুংদবু শোংকিদ্রা।

পম্বৌ পায়মানুংদা চিংনবীগন্নু নপারী অকি ভুজং পোকচদে। অতুদি ইপা লৈহৌরগে নংনা মর্য়াজর্বনিনা খোঙদোইরো। ছুং হয়বা খোহোরা মাথক্কী য়ারেন্না-চিনবান খা চিক্কা মচংলু, অরা খুরৌ ভুজং ফংলোইকো পারী। শাম্বগী শমু লুরেল থক্কা খুল্লাকপা মপানা পায়মা খুংনা মানবীরে মচাবু চিংনা য়েংখিএ, শাম্ববু পম্বৌ মাবু পুনেম্না হনা হনা য়েংনা খোংকাপ নৌরৈ থাংখিরম্মী।

পুনেন পাং য়েংওইননা শরিক কোজিন পাংলক্রে। খোইয়ুম মমুং অকুবা চৌওও মঙাল চাউবা লাইয়িংথৌ পুংলিকলাই মোল্লুম খুবম য়ৌরবদা থুউ মালেম লৈদা তা খুবাম চাংজৌ লোম্না লুয়েম লুক্কা পুনেম-লকই। হে খোইয়ুমলাইয়িংথৌ খোইয়ুম মঙাল নাইবা চৌংলক থেংলেন য়াইবু তানথনবা লাইয়িংথৌ লাইরৈমা অনিগী খোংথৈ খাদা নদাইরেম্না পুনেমজরি য়াংদৌ লমশাং চংপদা ফংতবা হাওদিবা পুম্বা লাইয়িংথৌ-না ঙাকথোকপীয়ু। চৌওও পুকলিকলাই লাইয়িংথৌ লাইরেম্বীনিবু

পুনেমলে পুম্নেন প'ৎয়া তম্না থেঙ্গা খোইনা, তোরৈ তুথুপ নাইনা লৈখিবা চিক্লবা মফমনি। হুলা চাউখোই উপালনা মশিং লাকওমদনা হৌরি। কৌবী শিংনাং চন্নোৎ তুমবৌম্না লেপ পৌ থুম্নবা খোংলমনি। লোক্লৈ পূম্লেনা শৌ শানা হৌরবা লোকচল কয়ানি। উকৈথঙ্গা ইমুং তুমখুল তাম্লিবা চেম্না চানা থংহৌদনা য়'ওল্লকপদা খোংলকপা খোঙাং তা'র। ইমুং চাক্তাবা লম্নকী শানা অকি তুঙ্জুং নাইনা খোংলিবা তান্না পায়মন্নুংদা থুক্তনা শাম্বা লমগানবা খোংকাপ নাওরৈ হুম্না লাকপনা ইথই পু'নেমচৌং নাংওইনরকলম্মী খারম পা'ংন' চে'ম্লবা নালবী তুরেল অচৌবগী নোংপো'ক পাংনা চেল্লকপা খুগা লাঈজ ইব ইফম কৌওইবীগী ইর'ল লমদম য়ৌর'ক্ল। লাঈজ খোংনুংগী ইচেল কম্নবা ইথক ইপোম্না লারাইদা চাইনা য়ৈবা শাহুম ঙারম্মী। শাম্বা মৈম্না চাউনা চমহুনা তো'বর্বান নঙ্কা যেংলম্মী। তোবর্বাম নঙ্কা থাংলম্বা রাকম্নৈ হীরেম অমা তোংহুনা থুগা লঈজ হিলাল্লক্লে। য়াঙ্গোই থৌরকপা ঙম্বা চাগা খেংনহুখা যাবা পাউহংনরবগী তুংদা, পাথং শাম্নাবু য়াঙ্গোই থঙ্কা হ'প-তুনা অঙম্বা লোইজ নিংঙোম্লাকপগী থয়ুম মোংবা মর'নয়াই তম্না। য়াঙ্গো' খুরুপ থৌখিরম্মী ‼

—✱ ✱ ✱ -

# (১৯)

## 'অঙম্বা মঙ্গানম্বাই'

অঙম্বা শুমাং মথৌবুং ম্বমু মীয়াম পুম্বহু মচোই মচোই নাইনা পুনপ পুনপ ফমনরি। অশি থাংঙেনকম চুখোং মরিদা অঙৌবা ফি-জংনা কোইনা লৈনা বারি। নিংঙোল পোকপা পম্বৌনা মমোম শিরবা অহুগী মম্না ওইরপনা হনগৎ হনদা চংলি। পাইনমুংদা

পাখং মাগী পারী পুরী হংবদদি মমাংতৌনা ইমিংথৌগী খুয়া থাদা থবাই হকচাং য়াওনা থৌগল্লম্বা পাখৌ পুরৈরোম্বগী খুৎথা হৈ, ইত্তাও মহাক্কি শক্তিক মতুং ইন থবা মমৈ য়াইনা কোবৌ নোংগা তমগ্রবনিনা, ইচল পোংলেনহনবীদি লাইরা মদাম তামথ্রবোই মপায়ী শাম্বনা পলেম মাগী মতেং ওইনবা শিল্লংবা খোংদোইথিবনিকো ইমোম লাংলেমা হায়বা চুম্মীদনা পারী শাম্ব, ইমোম য়াইদিংনা মালেম লৈতং- গাই অসিদা অশি য়াহিপ তাল্লিবসে মংদি উরিরেইদকো । পায়মা থোইথিংনা মমোম য়াইদিংব কৌরগা মিকপলক্লে । বাংলেন তানজা অসিদা শাম্বা লমগানবনা “ নুবা য়াইদিংকোনু থমজুং য়াংবী থক্তা চম্বরা নদোম খোংদোইবদা অৱা খুয়ৌ চেমগনি ( থাংগনি ) বাংলেন থরদং পাখং ঐবু তাইরমখো । য়ারা মপাট লাউরকই পাখংনা ।

নিংতৌম্লাকপী পলেম্না ” কদোমদগী য়াৱা খোজেলনো ইমোম য়াইদিংগী য়াইবীরেল থরাই মীরাংপাম্না পাখং শাম্বা শাত্নুা চীঙ্গাই পাউমেল্লকপ্রা ।

“ পাখং শাম্বা চেনশিন্নক্কনা ফিজং কোইনা থারিবা চুখোং ময়াদা লেপলরে । তম্বা অনিগু চংশিল্লকলম্মী । নিংঙোল পোকপা পম্বৌনা মদাইরেম তম্বা চা অনিবু উবদা. ” পাখং শাম্বা য়াওরকলব্রা ? প উহংলম্মী । শাম্বনা য়োজরক্লে ইমাম ইবুংঙো । নিংঙোলপোকপী মোমন্নুতোম্বীনা শাম্বগী খুজং পায়তুনা মমোম্না লৈরিবা অতুদা খুদোন- বীনা থিনতুনা ।

“ পারী শাম্বা নংদি উরি-থংজিরোই ইমোম য়াইদিংকোনুদি ফিবৌ পোসাংখোক যাই, মালেম লৈত্তংগাই থক্কো অঙৌবা লোংনা মাহিপ তমনা থেংনৈ ইমানা তিনমু লাইমু করম্বনা চৈথা পিবনো ইমাদি খোম্লেন মংলানচানুম থোকরে । পারী নংমা তারেং শেঙ্গা তল্লুবদি, শীতেল অরেবা লৈরাং অতিংঙা ওইরেদো । মবম্মাই মোংদম মমেম মচাদি থমজুং শাবা তান অমম থরৈ কুমথ্রে ! ইমানা পাউদাববু অচুম্বা ওইরিগপ্রা “ ইমোম য়াইদিংকোনুগা পারী নংমা শরী পমোম লোয়তুনা

থাং'লন থাটিরু' পাংপনথি হায়বব্ ''অশেংবা য়াবা'মকনি পালম শক-পী" নিংঙে ম্লাকপনা '' পলেপনথ্রবা, ইমোম ইবেম্মা ইপা মুংঙাইরে। ইমোমনা তা'ইবঙালম্মা লিংলিহৈদদি ( লৈরিহৈদদি ' থরুই থক্তা লৈ-হাপনা " আপাকপা " মাগী খুয়াখাদা পান্দম পরৈ লাক্লনা ইমো'মবু থাজৌ হায়না লোঈজ ঐগী লাইবক্তা তথল-প্রবোইদা ! ( লাইবক্তা খুহুম্না গুরগা ) ইমোম ইবেম্মা ইপাবু নিংগুমদবা বাখলনা লাহৎতুনা বাখল লং'ঙস খোক্লনা থমম্লেদো ইপাবু ব'রৌগনু । ( শাম্বদা ওম-শিন্দনা ) পারী ইবুংঙো নবম'ই ননেম মচাগীদমক্তা লৈরাংগী লৈজা অমতং ওইরবসু হৈরাংগী মগুং অমতং ওইরবত অশি কু থক্তা লৈয়াং লৈহুল তমখিবত্তু ইপানা পাম্মী। প'য়মমুংদা কিশি নাইমু থাংগনু মপিনদি পারী ! এন্দাইনুংদা লৈহাপলিবা অতুদগী লৈরাং খুজে'ক অমা লৌরগা শাংগী মথুংত্তা হাপলম্মী। পাথং পায়মা হিকশোন নিবনা থমুং মোং খোংবগুন কপলক্লে।

পলেম পাস্থৌ অনিমক্তী অবা মৈশা থাংবীগনু ( য়াইদিংলোমদা মাই ওনশিন্দনা ) নুরা য়'ইদিং করি মতৌ কৌবগে তৌরম্লিবসিদি ' লৈ অতু কু মথক্তা চাইথরম্মী ) ম্নিংঙ'ল পোকদী মমানা ইমাগী ইমোম লাংলেন থরৈকন পস্থৌ নপাবা নশাবী শাম্বদা ওসি থরাই থক্তা লৈ হুপতুনা ইমোম নংবু কৎলিবসে নম্নিং থুংদে হায়জুনা বারৌত্রনে লাংলেলহন। হৌগৎলো খোমলেন মিকপ খোক্লো, নশাবী শাম্বনা মুংশি চৌঙ্গোই য়াবা পাউমেম্নশি হ'মজুনা ইমোম নংবু ভাইজুনা লৈরেনে য়াইদিং। মালেম লৈমাই থক্তা শমু খুৎনা হোৎনা মমে ম য়াইদিংবু মীকৌনা মিকপ খোজেল তমলকলে। পাথং শাম্বনা মশানৌ শমু হকচাং লৈয়াং অছিংবা অমম্বু কোনথৎজুনা মথবাই শোকনা মোংলেম খোংবগুন মিকপলক্ল। পাথং শাম্বনা হেকমাই চাউনা কপলকপা ম'মা খোনকম ভাবদা ভিলমলিবা শমু মীম্ন ম পুম্বত্ত মীৎদু তরং ঈরা চেমা মীপুম ভিংনা কপনবা ইমুংডাম্নমদাই অতুদা নিংঙোল-লাকপা অওম্বগী মশাইকোন মীকপ মিম্নাউনা পুমমিজ মিম্নকলে।

"শানৌ য়োইবুনাই ইবেম মচা-ও
চাওথ্ করম্বগী মশিন থা,
খোইবুম কনাগী মথৌ থাবু
হেনফদনা নেংশিনবনো।
ঐনা তাইবঙলেম্দা হিংদুনা কৈদৌ কনি।
নুরা ইবেম মচা নহাক লৈতদনা্
পাঙ্গং ঐবু তাইরবখো
নুরা নদোম তরক্কা
তাইবঙ শীগুম মচী খোঙদোইবিগনু
মার খোঙ্জেল কিব্রাইরক্কি!

চাওথ্ মাগী মথৌ থানা অসুম খোকউ তমঙ্গুবোই পাঙ্গং ফিরৈগ্নংদগী থাংলেন মাগী মখুৎশু থাংনা শমু মহকচাংদা তাই-থিন্দুনা, নুরা য়াইদিং শোন্নদুনা, ইতাং শাকতক্কা ইমু ফিরাক থান্নলা নুরাগী কু মথক্তা শাম্বা লোংনা হাইথদুনা য়াইবী থব্রাই থাখিরম্মী।

অঙম্বা নিংভোগ্রাকপনা শাম্বা পোক্কপী পলেম পোংচেনহন্বী মমাবু কৌকমবা তম্বা চা অনিবু থাখিরম্মী শাম্বগী মরানয়াইদা য়াইথুংলবদা নিংভোগ্লাকপগী মথোমলোই য়াইদিংখোঙ অহৌং শাম্বা লৈতবা পুম্বা পাউদমলক্কই। পলেম ওইবীসু লোইনবীরকউ পাওতাকলক্কই। ইদুং তাল্লমদাই অহুদা মপারী লৈতবগী য়াব্রা মপাউ তাবদা মিৎস্না খম্বাল অনিমক্ত চাংদুম লাঙ্গিজ ইফুং-থোক খিঙেল লঙ্গিজ ঈরমথাইবগুম্না মপারীমা লৈবা মাইকৈখু য়েংনা নোংলেন খোংবগুম্না মীকপনখিয়। তাইবঙ মালেম অদুক চাউ-বদা পারী মতনা ইমাগী কনা লৈতেদো পারী ইবুংভো ননা পলেম নমা ঐগী থৌতিকখোল পলেম ব্রারক চাদবনা হৌজিক্তি পায়ী করি থোক্রবনো? পরী ইবুংভো ইমাদি করি ওইরসিলে নমাবু শাবল য়াংবী থক্তা কাইরৈ য়েংনহিং থাবগুম ইমাব্ ইদোমদা

থনমলংগ হায়রবোই।

ইমাগা ইচাগা ওসি মখৈ তুরেন ব্রাইথুবী চানা মনম মথা ফাকপগুম ফাকনরসি হাইরবা? তোংথা নাইওংমা কপনা কপনা মিংতোন্নাপগী মরাল য়ৌরক্লে।

নিংতোল্লাকপা অওবা ( কপনা কপনা ) — ইচল পোংলেনহল্লী নপাক্কী শাংবগা ইমোম মাইদিংক্কোনুগা অশি শনদুক মথক্তা থমনুং শাল্লা তান অমম থরৈ কুমথরে করম্‌ নোংদমখোয়া ওইবনো কপ্রকয়ে। মালেম তাইবংপানবদা লৈল্লিবা অহানবদা লৈতেক মরক্তা ওইহাকতং লৈবা অরোইবদা অমুক লৈতবা ওাক্কনি। পোকপা নাইবা খুদিংমক্কী অরোইবদি শিবা মাংখিবা অসিনা অরোইবা পম্থংনি।

অওমবা নিংতোল্লাকপনা তমবা-চা মরিখ্‌ মাইকৈ চানা থাত্নুা পাউচেলহল্লে। লৈবাক্কী অওম অথৌ পুম্নমক লোয়না পুল্লরে। কোরৌ ওমলোনল্লবা মুরা পাম্বং অনিবু শাশও য়ুঙৈ-শা য়ুম তিন হাপক্রুপনা খোইমা মহুম শেম শুমাং য়াংতৈরে। অসি কাইদি কু-ক্রু-চন, মালেম নৈথিন তোক্লা মংথোং হাংলগা তরেৎ শেনখিংম্না ব্রংলেন পুংহৌরে। অশৈ থোনফাং লেংগৌতিন চীওওু মিংথৈ শক অযাই লাউরো শোংমা, মপল হাওশি অংথিলদুনা পোংলোই হিথারে। খুনদুং পাউ ত্তাকলহগা শিংপাক পাউহোয়্নহ্নবা কোরৌ নোঙ্গা থোবু মথৌ য়াংলেম্মে।

—★ ★ ★—

লিরি লিরি হুমলি। পাক্রবা চাংজো মাইথবা ইথমনি। তাইবঙ ইখাই তোর্বাননি। মীরমলেন তাইবঙলেন অমিমী লমদাইবিং থমনুংগীদি তুরেল্লি। থমমুং থোপুবা অনিমা অশি কোমোই হুরুবা ম্যাইদিংবু পুদুনা চংলি।

"ঐবু অমুক্তা থাদোকপীয়ু, পলেম পম্ভৌ, খোইনৌ ম্যাংদোরোইশিংনা পায়মা মুংহিল্লা, তেংথা মাওইননা ঐবু কৌরগা কগলি। তাইবঙ পানবগী হরাও তখাম মুংতাই মথোই মপুং ফানা ফংথ্রবনি" ম্যাইদিংমা হাইরম্মী।

থমমুং থোপুবা — "মমু মীওইপোকী তাইবঙ চেংজেল লোইরম্বুনা অসি রাবেম মপুমা নংবু মোরুচো থারকপনি। মলেম লৈখানা শাবা হকচাং পোল্লাং অদুদা ম্যাইমীরেল শীদবা থম্লাইনা কাইদো নুবা অহুমী মতম লোইরে। তাইবঙ মালেমদা অমুক হলরাইবা ম্যারমোই" হায়রম্মী। রাংলেন তাঙ্গা অসিদা অরাপ্পদগী ম্যারা থোক্লাং অমা, মালংমা পুরুক্‌না ম্যাইদিং নামদা পাউদমমলরে।

"ইশানৌ, ইনেম মচা, নুরা ম্যাইদিংকোমু নুরা নগুংলোংগীদমক পাখং শাবমা হৈনবা তুংইল্লকপা মার থোরুল লিরাইরকপদি, মুংজি খোজি মরক্তা খোংদোইরকপমা থুম্বা মুবী মরাক চাম খোংকাপ নৌরা থাংবা ম্যারকক্তে, শমু পারল থে কতরে। থমমুং ম্যাংবী থম্বা কাবকপমু ওমলোইদোরে। পাখংগী ম্যারা কোমোই তারবদি ওাইরমথোকপবা শমু মাইম্মোরদুনা অরা গোংথ লিসি। পাখং শাবগী ম্যারা কোমোই তাবদা ম্যাইদিংনা থমমুং থোপুবা অনদা হায়রম্মী।

"মপুগী মমাই অওবা ম্যাইদিং ঐবু কৌরক্লিবা তম্বা চা অমিমু তপা রাংথোইবা মকম অসিদা মালং হকচিক লাংবা ওইনা রাংলেন ওাইহাক তাইবীখিসি"।

'ম্যারা চীরেংবিরক্লিবা তথা মাগা ঐথোরুপা ম্যাংদো

লমথাইনপ্রবমি । খোংবু ওইনা খোংদোইমিন্নবা য়াররোই । হৈহৌ চা অসিগা শকয়েংনবা য়ায়োই চীঙ্গোই য়াবা পাউশান্নবা য়াবা মতাং খোকত্রে । "পম্বৌ মানবখোই পাম্নী মনোম কুইদ্রি শাংলিবা ভাক্তনি নমোম্মকনি থনবীহুনা বাংলেন ভাইহাক্তদি ভাইথীথিসি কৈদৌবগে, তম্বা মাগা বাংলেন মিকুপ অমরোমদং চীঙ্গোই য়াবা পাউমেনজগে ।

"তম্বা মাদি ভাইবত পুন্সি লোমদনা খোঙয়ুম চৈথা ফংদনা মদোম থমঙুং শথা তান অমম শিঙুমলকপনি, করিগী য়াবা পাউমেন-নমিংথনো !

"পম্বৌ মানবখোই করিগী অহুক মাম্না পায়মা শিবুক কনবগে, অমুক্তংদি মিৎয়েং শংদানবীয়ু শিবীনিংবা চৈয়াপ থুম্নমক য়াজগে অমুক্তা হায়রম্মী । "তম্বা মাদি মপু য়াবা তুংইনা অশি পুংদা খোংঙুমলকপা মত্তে, মরোমদোমগী পায়মা বায়েপনা য়াইবী চাইজরকপনা তম্বা মাগী য়াইবীরেন থবাইনা কোয়ৌ থক্তা খোইপাই পাইদুনা পম্বৌংফম থংদবা ভাইবত পুন্সি লোমখ্রিকাওবা লৈগদৌবনি । থমলৈ মিঙুংকোম স্না পুংদা য়ৌবা য়াররোই ।

"থমঙুং লাইরৈপাক্তা তম্বা মাগী চংজফম পিদ্রমকো অহুমমা অ-চুম্বা ওইরবদি, লাইয়িংথৌগী মফমদা চীঙ্গোই য়াবা পাউমেনজগনি । থমঙুং লাম্নৈবাক্তা পাথং মাথু পুশিনহনগনি । মাদং মাগী মকাদা মূরা নানা পাউমেনথি ।

"হশাবী ইবুংঙো মুংশিবা থংলেন মাঙ্গা পাম্নবা পাথং য়াম্না মপাউদি তাজয়ে । বায়েল থৌদাগী চৈয়াপমক্তবু লুয়েল থক খোন-হেনকনবা থৌরি কোঙ্গোই য়াইওবীনা পরৈ মক্তবু চেংনা পুনশিন্না মম্না বাংলেন ভাইহাক শনথা য়াবা মতাং খোকখিদবনা, ননাও খোংহাই হায়র্মলগেকো মাদা নংবু বারৌপমুকো ।

থমঙুং খোপুদা অমিনা মুম্না য়াইদিংবু চিংঙুমা লাঈজ উয়েনপুত, তমলেন ইম্না চাউ, চেংলৌ মিৎয়েং অতাম্ব, শমলাং অমনা খোং ওইবা শমলাং অমনা পাম্বৈ ওইবা লাঈজ ঈথৈ নাম্নুংথা থমঙুংগী তুয়েল ;

পাথং মাখি পোন্নী থবাই চা মীয়েনবু থমমুং লাইরৈবাক্তা চংজকম পিয়ু তাকৎপা মাগী পনথুংকুম পল্লেপকম লৈয়োই ।

"অমম য়াইথোং শিন্নমল্লেন শাবা লম্ফথাং থবলৈ য়িমুংকোন মাং-মঙ্গ মদোম ভন্নবা কন্নম হন্মোকলমশিগেনে অমুক্তদি পুশিনবীয়ুগবা লাইব্রিংথৌ ।

"বায়েল মপুমা "তন্না চা মাবু থমমুং লাংওলবা শাবা পন-কেরবা য়াইথোং সিলম কুমুমবা অমম শিংথান্নে । অয়ো মাহে চেস্কনা অনা শিংথোং থংদনা য়াহিপ তমদে, তিনমু লাইমুন্না চৈথা পিদে । কোংঙমদনা কোংবী তাইবঙ মপোক লাংওলবু শান্নপেংকুম থনবা মদোমতগী পান্নমা ব'রেপতা অমম শিঙমলকপনা অরাকমদা থু জবনি ।

"ইবুংঙো নহাক্তি তাইবঙ মপুমী শাইওলনি । করিগীদমক পায়মা পীযুক কনবীযনো পীনহৈবা মপুনি তইবঙ মালেমগী কুথী-হৈবা লাইব্রিংথৌনি । অয়োল অরান পুম্বা তাকপীজুনা ননাইনা চীং-গোইজবা মাবা অসিমদি কাউথোকপীগমু লাইব্রিংথৌ ।

"অহোইন্নবা য়াম্না চীঙ্গোই পাটউকচ । ঐনা তম্বা মাবু পায়মা সুংদা চৈন্নাপ চৈথা পীগে থনদুনা চংহন্দবা নত্তে, তাইবঙ পুঙদা লাল্লুব-না অরাকমদা থু জবনি ।

থংলেম তাঙ্গা অসিদা শিংতেক শিংদম্বা পয়মা লুহিক্লা মীৎস্না তরং ঈন্না চেলনা চংঙক্তনা লাইব্রিংথৌগী মাংদা, থুউ মালেম লৈদাতা লুয়েল লুক্না লুবেমলম্মী ।

বায়েল মপুনা । ইদাইরেম নংনা চেংলো মাইথোংমক পিন্নাং থাবনমা তা পিয়োইননা চংলকপব করি মরমগীনো ? হাউইংলম্মী । শিংতেক শিংদন্নমা লাইব্রিংথৌ থুয়াখাবা নদাইরেম্না বাগী পরিং অমতা লাংখগে ।

পায়থক্লবা থুংগানুং গী রুই যাবা মরিকচুম্না-প উদমচ, হ মুরম্মী ।

"নবাইনা পুজরিবা হাউনৈ লাইনা পাংবা ( অবাং থংবা মাইকৈ )

সনথোংগী তাইবঙ ঈথৌ তোবান ব্রাংমকোমদা, পোম্বী থন্নাইচা মীরেন অমা লৈতোই শেঙ্গা থঙ্গা ডিনথোক ব্রাংদৌ চোংবঙম ওন থোইনা খাংলি। মহী মপাও হংবদদি নদাইরেম ঐনা, মমু তাইবঙ ওইনা লাংওলডৈদা মপুনা লৈশেম্বা মালেম বংলৈ পুরুদা তাইবঙ চারা অমা হুঙ্গরম্বা লোইলাম খাবুম অহুমদা (থমম্বা) ভাইহৌবা মালেম লৈরোম মুংদগী থুনু লংকহৌদনা লৈহৌবা, হৌজিক তাইবঙ মথোক কারমে। করম্বা নোংদমখোমগী তাইবঙ শিঙ্গা লোইরদুনা, শান্না পনকেম্বা, অমম ম্লাইথোং শিলম কুমল-কপনো, মপা ঐনা থোঙ্গী থন্নাম্লচা মীরেন, মীকোইমু হোইম্লাসে লাইম্লিংথৌ।"

" মপা মরোমদোমগী পাম্লমা ব্রু রেপনা, খাঙ্ থঙ্গা রাইম্বী চাইরকপনা, তাইবঙ ম্লাইথোং শিরমলেন থমলৈ মিশুংকোম মা পুংদা হৌবা ম্রাদবনি। থোঙম লাঙবুম অথৈবা মপু মাখী হারেপ-তী মপ'ল থোক্লা চংসকপনা অব'ক্ষমদা থুংলবনি ইদাইরেম।"

" অব্রাফমদগী লাস্তোরুবা (কোকনবা) উপাই অমতা হৈক্রব্রা লাইম্লিংথৌ।"

" হাম্রি হম্লা মীংলেন থোঙ্গববু লাইমিং পারৈ চেংমা পাম্লমা খৈনা নিংনা শেঙ্গরবা মহাক অদুবা মপু হৈথা কোক্লৌ মুমিং শিংবুম গুরবদ কোরৌ মোংনাং পাল 'চীঙঙ্' মোং থাংলেন মুংমাং সনা পুং; চাইরৈবাক্তা ব্রাইশঙ্লুপনি।

ব্রায়েল মপু লাইম্লিংথৌনা, ম্লাইদিংম্লামদা ওমশিন্দুনা হ'মরকই "নহাল তাইবঙ কোন্দা লাংওল শাইরমক্লাই মতম অদুদা খম্ংকোন্দা লাংওল শাইউরমদাই মতম অদুদা, খম্ংকোনগী শী-তেল কোজৌরে লৈম্লাংদা, ব্রাশক পরৈ থমদা এনহৌডৈদা লৈরাং হৌনা লৈশাং ডমঙকমদো, হৌজিক শীতেল লৈচু ওমচে। লৈরাং লৈরাক চম্লা লৈচু মুনা শাংলে। থোম্ংগী থম্নী ব্রাশক কাইরে। তাইবঙ অমলাম চংলে, হিদেন খৈদা তারে। লৈরাং অসিমা

থুমমনি অহুগীসু মথক্তা, মংমা তন্না চা অমগী মরমদা রাফোংজি মসিমসু লেংঅবা য়াচুম্নি। মাংলমচত্তা শন্নী রাশক পাম্নমমথিবা য়াম্না কাউমম্নসু কাউরবোইদো।"

" ইমিংথোনা তাকপীরিবা য়াম্না পূম্না অচুম্বনি। মপোক লাংজেল অমগী মমু মীওইপোক্তা লাংওংরবী মনাই দুবীনা বদুম্না মাংলমচংকী য়াম্না নিংশিংবনু ওমপবমো অকাউ নাইবা মহেম তাইবঙ পুঙনিনা, চাউখ্রিংথোসু নমু তাইবঙ পুঙদা অমুক্তং লাংজেল শাইওন্নরবদি লাইরম্বেমগী থোরম পরম লিক্ক্হ্নু পুক্লিং মাম্না থাও কাউথিগনি।

তাংজা জিনহাদনবু মরৈ অনি ফাংবনি। করিগী মীনয়া পাউদমলি, এলহৌঙৈদা ঐনা নংঙোন্দা পাউতাকথিদুনি, অমাও পরৈনবা মালং য়াম্না থবচানবা নমু ( তাইবঙ ) লাংজে মপোক-মিদো, মনা মনা মহেম তাবঙলেন্দা তৌজথিবা (মদুগী থোক্নাংমা) অম্নং শাম্না তান অমম শিঙ্গুম্ফম্ফপা বম্নং পুং অসিদা লৈঙ্খিবসি উারদনা য়াইদিং।"

" য়োইবু শীদবা মপুনা, নোংদম মাংবা খিংথেবীয় ম্নারহদি থাংবু হবক্তী তশি হেংঙ্মবপা মদা অসিদা, মহেম তাইবঙ পুঙদা অমুক্তদি লৈপুল ওইমবীয়গবা লাইখ্রিংবো।"

" থোইম্নম চিহক্তা অমং অহোম্ননা পাউতাকপা থোইয়ম ইতিক চৈথা ফংনিংব্রা।"

" থোইয়ম শীদবা মপু; ননাই ওইবীনা তম্নোক্নবা ঙাক্তনি অমুক্তদি কুবীয়গবা, দুগী চা ৫৪ংবী পাম্নমা রাখ্হলা থেমমজে, মশন ঙাওরপা মংবু থীবা লাই ঙঙম্নগা চাইখু থীবা মসিদি তাইবঙ পুঙদা নত্তে, থোইম্নম লাইরৈপুঙদসু থোক্কহিদা।"

" লাই ঙাওরপা লাইদু থীবা, মমম ঙাওরপা মপবু থীবা শিম্বোং উংজুমা শিনদাকপা য়াম্না কারাম চাউইদা, হায়বীগে তাজো, হন্দকী মাংওল শিমদি জপ : কাদা চিন্দম হৈম্নাং চাক্করোই

পোম্বী ওমগে ওনকয়োই শিঙেল লৈশাং তমকয়োই।

য়োইবু শদিবা লাইনিংথৌ ইন্নিংথৌগী মাথাংগী তাইবঙ মালেম পুংবা শাইওমজরে ॥ পম্বৌ কোংলেমহম্বা পলেম মোয়ুংতাম্বী ওইনা ফংজরে। কাউন পুঙনি কাউথিবনা, চৌঙচু লৈয়াপ পিতুনা খোইয়ম নশাই-কেন য়োরকলে লৌশিনবীবগী লৌশিনবীবা তম্বা মীরেল শিদসি অমুক্তদি লৌশিনবীয়ুগবা লাইমিংথৌ ॥

হায়েল মপু — পায়মা খোইজংনা, তাজরো হুন্দ্রো মপোক ল'ংওন অসিদা খৈয়োম লৈপূল ওইহনখি, চৌঙচু খোইয়ম লইরুপ লেংনা মিচং শন-নাইনা থাইরে ভাংনগদৌবা থাকক্তা মখোইমিগী নোংদম মোংথাইবা বাচুম চৈথা থারগে ॥

তাইবঙ পানবদা লাংওলুবী নহ ফা হামগুম খোইয়ম লাইনাম-লেনগী লাইরেম্বী শকতম ওইনা ল'ংওল লমদাং তমদাইজখা ওইরো ॥ অতুগা কোম্না চক্কি লাংওল অমাদা অঙাই তাইবঙপান মালেমদ য়োইবু'রম চকপ্রম চনু যিশা হৈবী কো ম্লোই মিংথৈহনা লাংওল লমদাং অমা শাযোং-জারো।

অমনা তম্বা চা অসিনা মদোম অমম শিগুরকপনিনা খোইয়ুম লাইতিম কোন্দা তিম্লুবা চংলুবা য়াদবনিমা হঙোই (পোন্দে) শকতম ওইনা হয়ি তিংথৈ খোম্না কুমদম কুমথাইহুনা কুমতাইশনু ॥ মপূন্নী চৈথা কোরৌ মশিং শুরবদা চক অহূদা য়াংলেন পূঙদিং হৈবা কোম্লোই মিংথৈহনা তাইবঙ লেম্বা শক্তোশানু নখোই অনিগী লমদাং পুম্বা নমু তাইবঙ চা শিংনা রারি শীংবুমশনু ॥ কুবয়িবনি !!



# অরানবা চুমথোকপা

| অরানবা | লমায় | পারেং | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| চঙঙ্ | ৯ | অরোয়বা | চীঙঙ্ |
| ঙমঠৈ | ২ | ১২ | ঙমথৈ |
| উইদুনা | ৪ | ৮ | ওইদুনা |
| য়ালা | ৪ | ১৭ | য়াবা |
| খমলিবা | ৮ | অরোয়বা | তমলিবা |
| মম | ১০ | ৭ | লম |
| ঙালবা | ১১ | ১৯ | ঙান্না |
| চানবয়ুকো | ১২ | অরোয়বা | চানবীয়ুকো |
| কোংথৈ | ১৪ | ২ | নোংথৈ |
| পামেশ | ২৮ | ৮ | পামেল |
| অয়োবা | ৩০ | ৯ | অশোয়বা |
| লুশকী | ৩১ | ১৪ | লুপকী |
| বমদো | ৩১ | ১৬ | তমদো |
| মংবু | ৩৪ | ১ | মাবু |
| হৈনা | ৩৪ | অরোয়বা | হৈমা |
| অমঙংবু | ৪১ | ৫ | অমতংবু |
| থরৈহম | ৬৪ | ১৭ | চরৈহল |
| মাইওবীনা | ৬৯ | ২২ | য়াইওইবীনা |

## " মখুমগী লাতম্ "

খমলৈ মীনুংকোল, (খমুং) সনা ইপুঙয়াইদা, শীঙেল্ লৈশাৎ তমজবী ইতারোই মোমনু ইশুংলাংগীদমক অঙাই তাইবংলেন্দা লৈচা শেৎনা পুরক্লেদো। কে ঙাংঙোই পূঙ্লেনয়াই কোংয়েং চীঙ্না নাউকোল্লম, লমলেন লাইশোয় পাৎশিদা খোয়নৌ নঙ্বু থারম্লগেকো চান্নবী ।। য়েলহৌঙৈগী লৈশক্ - লৈচু হোংদা খোইনৌ ঙৌনা লৈশাৎ তম্লকউ, নতারোই ঐহাক্তি খোইমোম লাইপোক থাদোক্লম, নমু তাইবঙ্ মীওই পোকতা লাংওনলুরগে ।। খোইনৌ লৈরাং নহাক্লা শীঙেল লৈচু ওন্ম্ লৈরাং মব্রাক চাম্ মুনা লৈশাৎ তম্লক্লবা / মুনা খুমু হুনলক্লবা, মতমদো নতারোয় ঐহাক্তি তাইবঙ্ লাংওন লোইদুনা খমুং লাইরৈপুঙদা হলরাই খরে খঙবীয়ু কো ইতারোয় ।।